# Echethoibi Amasung Atei Warising

**(Echethoibi and other stories)**

***by Khaidem Pramodini Devi, 1997***





| | | |
|---|---|---|
| *অহানবা ফোঙবা* | ঃ | সেপ্তেম্বর ২৮, ১৯৯৭ |
| *মশীং* | ঃ | ১০০০ |
| *অফোঙবা* | ঃ | কে পি ষ্টুদিও<br>কাকৈথেল থোকচোম লৈকায়, ইম্ফাল |
| *নমফম* | ঃ | পদ্মা প্রিন্টর্স (কমপ্যুটরাইজ)<br>পাউনা বাজার, ইম্ফাল |
| *মমল* | ঃ | লুপা ২০ |
| *ফংফম* | ঃ | বুক কেভ<br>পাউনা বাজার ইম্ফাল<br><br>রাজেস বুক ষ্টোল<br>গভর্নর রোদ |

## ৱাহৈ খরা

ইচেথোইবীদা খুদোল মচা অমত্তং তম্বা ঙমজবসে ঐগী ইপ্পা ইবুংঙো শরতচান্দ থিয়ামগী মপান্দগীনি। মহাক্না লাইরিক অসিগী প্রুফ লৌবদৈ হৌরদুনা লাইরিকসি নম্বগী থবক পূম্নমক মায়রোং য়াদুনা তেংবাংবিখি। ইবুংঙো শরতকী মতেং য়াওদনদি লাইরিক অসে ফোঙজবা ঙম্লমলোই।

তাং ২৮/৯/৯৭ ইং

প্রমোদিনী

# য়াওরিবশিং

# ইচেথোইবী

ইচেথোইবীগা ঐগা পুন্সিগী ইকোন কোন্না শক্কা শক্কা উনদুনা ৱারী শাবা ফংখিবসি তাং ৩/১২/৯৫ ইং ঐগী লাইরিক ৫ খক ফোঙখিবা নুমিৎ অদুদনি। মফম্না ঐগী য়ুম ক্ককেথেল। লাইরিকশিংদু ফোঙবে থৌরমদা ইচেনা ময়ায় তাঙবল লৌবিখি। অরাম্বম সমরেন্দ্রনা অথোইবা লেঙবিরকপা ওইবিখি।

নুমিৎ অদুদা ময়ায় তাঙবল লৌবিরিবী ইচেনা ৱা ঙাঙবদা ঐবু থাগৎপীরম্মী। হায়বিরম্মী "প্রমোদিনীনা ঙাঙনীংবা, শক্লীংবা, ফোঙদোকনীংবা ফোঙদোকপদা অকিবা লৈতে, অখাকপা লৈতে হেক্তা ফোঙদোকই, হেক্তমক ইথোকই। মসি অইবী অসিগী চাউরবা গুণ অমনি। ইগে খল্লবদি ইবদা অকিবা লৈরোইদবনি, অকিবা পোকলোইদবনি" অসুন্না।

লাইরিক ফোঙবে থৌরম লোইরবদা ইচেবু ঐনা থিন্দোকই গাড়ী থারিবা মফমফাও। চৎনা চৎনা ইচেদা ঐনা হায়, "ইচেগা ঐগসিবু কনানা হানগদৌরিনো?"

ইচেনা, "খঙদ্রেনে কনানা হানগদৌরিনো? পংকুইদি কুইগনি হায়়বা থাজরক্তে।

চহী অমা অনী য়ৌনা পুল্লীগদবা মাদ্রে। হকচাং অসি নোংমা নোংমৈ শোনজিল্লকপগুম তৌইনে।"

**অহানবা তাঙকক**

ইচেগা ঐগা লোয়নরকপা তিন্নরকপা অসি মতম য়াম শাংগি। মরক্তুদা অঙকপা থৌদোক ৱাথোক কয়া থোকখ্রবনি। পুন্নমক লোইনা ময়ামদা তমজনীংই অদুবু ঙমলোইদৌরে। ইবৈ পাঙ্গল য়াওদ্রে। থৌদোকশিং অদুদৈ খরদং লৌখৎচরগা ময়ামদা তমজগে।

অহানবদা ইচেগা ঐগসে মীনা কয়া তিন্ননীংলমদে কম্যুনিস্টনি হায়দুনা। ঐখোয় য়াওদে হায়বদৈ তম্ফাসনা স্কুলদা ওঝা ওইহনখি। স্কুলদা চঙবসি ইচৈদৈ ঐনা থা তরুক লোম হাল্লি। ইং ১৯৫১ দনি। ইচেনা ওঝা ওইদ্রিঙৈগী মমাঙদা আর্টস-ক্রাফ ডিপার্টমেন্টা কেরানী ওইরম্মী হায়না তাখি। মদুদৈ কৈদৌদনা করম্না তোক্লকপনো হায়বা ইচেদা ঐনা হংবা তৌখিদে। ইচেনসু ঐঙোন্দা তমদে। ওঝা ওইদ্রিঙৈ ইচেগা ঐগা তিন্নরমদে। স্কুল তমলিঙৈদদি শক্তনি খঙনবা। ওঝা ওইরিঙৈ মতমদনি তোৎন তিন্নখিবসি। ইং ১৯৫৯ দা ওঝাই ফম থাদোক্তুনা ওফিসলোমদা চঙলে ঐ। ইচেদি অদুম ওঝা ওইহৌরি।

ওঝা ওইরিঙৈদা থোকখিবা থৌদোক খরদং ময়ামদা তমজগে। ঐখোয় অনীমক অন্দর-গ্রেজুয়েট ওঝা ওইনা চঙই। ওঝা ওইনা প্রাইভেট থাই বিএ পরীক্ষা। ইং ১৯৫৪ দা ঐখোয় বিএ পাস তৌমিন্নে। বিএ ওঝাই ফম ফংলে ঐখোয় অনীমক। বিএ ওঝাই ফম ফংলদুনা দিল্লীদা বিএড্ তম্বা চৎমিন্নে। মণিপুর সরকারনা ঐখোয়বু জামিয়া মিলিয়াদা থাবিবনি। মরমদি সেন্ট্রেল ইন্সটিটিউত্তা সিট ফংদবদৈ।

দিল্লী চৎত্রিঙৈ নোংমা নিনীগী মমাঙদনি। মতম অদুদা তম্ফাসনা স্কুলগী সেকেন্দ মাস্টর ওঝা লাইশ্রম চন্দ্রহাসনা ওইরি। ওঝা চন্দ্রহাসনা হায় "নহোয় অনীনা দিল্লীদা চৎলদি মৈতৈ নুপী পুন্নমক চেহ্নবা তারেদো নহোয়গী শক্তা পুদা ফিজেৎ চাকশেৎতু উবদা। মণিপুর চেহ্নবনি খনবদা ৱাদবা ঙমদে।"

ঐনা খুম্মী "কৈনো ওঝা! ঐখোয় নত্তবা মশক মতৌ ফজখ্রবা কেখ্রবা, কেবনা কেবাক থোক্লবা থম্বাল অঙৌবী অচৌবীহোই, তোন্দোনহোই, এমকে বিনোদিনীহোইনা দিল্লীদা চৎপা হাল্লিনা। দিল্লীগী মীনা মৈতৈ নুপী পুন্নমক মহোইশুম খল্লমগনি। ওঝাসু হায়মল্লিদা। ঐখোয়গী শক্তি উৎলুগদবসু লৈতদুবো।"

ওঝানা "হোয়নহৈ। চুম্মীনা মহোইনা দিল্লী চৎপা হাল্লিকো?"

চৎলে। দিল্লী য়ৌরে। জামিয়া মিলিয়াদা থুংলে। অদুবু অবাবদি মফম অদুদা নুপীগী হোস্টেল লৈরমদরে। জামিয়া মিলিয়াগী অথোরিতিনা মপান্দা লৈরগা তম্বদি য়াগনি হায়রে। দিল্লীদা করম্না য়ুম বাইগনি? করম্বা হোতেলদা লৈগনি। অবাবা অমা ওইরে। ঐখোয় হুনবদা তারে।

ইচেনা হায় "ঐখোয়বু হৌজিক মণিপুরদা হল্লবদি কমদৌবা। মৈতৈমচাশিং মচিন থীবশিং অদুনা ওয়া তৈননা ঙাঙগনি। ঐখোয়না জামিয়া মিলিয়াদা নুপীগী হোস্টেল লৈতবদে তম্মক্তবনি হায়গনি। মদুই ওয় তৈনবদা মহোয়না হায়নি দিল্লীদা তমহল্লক্তবনি হা অদুনি আদানি হায়না ঙাঙনগনি। কমদৌসিগে।"

ঐখোয় অনীগী ইতৌদু উবদা জামিয়া মিলিয়াগী অথোরিতিনা সি আই ইগী অথোরিতিদা ঙাঙনবিরে। ভারতকী নোংপোক চিদাইদে নোংচুপ ঙমখৈ য়ৌনা লাক্লে য়াম্না লাপ্না। অদুই মথক্তা নুপীমচা ঙাক্তনি। মখোয়বু করম্না হলহনগনি। স্পেসিয়েল কনসিদরেসন অমা তৌবিয়ু। ফীভম অসি মুম্না খন্নবিয়ু। সিট অনীদং হেনগৎহন্দুনা তমহনখিসি হায়রে। সি আই ইগী কাঙবুসু মুম্না খন্নরবা মতুংদা য়াবিরে। বাফম অসি মণিপুর সরকারদা জামিয়া মিলিয়া অমসুং সি আই ই অনীনা খঙহনবিখ্রে। অসুম্না য়াম্না বানা বিএড্ তম্লকই।

### দিল্লীদা বিএড্ তমদুনা লৈরিঙৈ মতমগী বাফম খরদং ঃ

দিল্লীদা নুংথিল নুমিদাংবাইরমদা লম্পাক্তা উখোঙ-বাখোঙ, চীংদোঙমচা লমহাং দা অইংবা থিদুনা ফম্নগা লাইরিক পানৈ ঔরাইনৈ। ঐখোয় মণিপুরদৈ লাকপা ওঝা ৩/৪ দি ইচেই মনাক্তা ইকোই কোয়না ফম্নগা মাবু তমথ্রবা পারাশিং অদু শুগাইনা মৈতৈলোন্দা তাকহল্লি। ইচেসু ঐখোয়সু ক্লাস মনুংদা পুল্লপনা ফমিন্নদুনা ওঝানা তাকপদু তাহৌরিবনি। ইচেনা ওঝানা তাকপদু ভাব মুম্না তারগা খঙলগা ঐখোয়না করিগী খঙহৌদ্রিবা?

ঐনা খঙজবা হিন্দীদু ব্রং ব্রং লোল্লি। ময়াংগা বা ঙাঙনৈ। মরক্ত হেক হেক তৎথোকখি। লোম্নবা বাহয় মাঙখি, লৈখিদে। ঐনা "মখাদি করি হায়না লোনগনি? " হংঙি ইচেদা।

ইচেনা নোক্রদুনা "নঙগী লোন মাঙবী হায়দু তৌরব্রাও? ঐনা তাক্লগা লোল্লদি মীগী মমাঙদা ফজদ্রে। অদুনা ঐ ওইনা ঙাঙনবিরগেকো"

লাইরিকসিংগী মখুমদা লৈরিবা শক্তমসি ইচেগা ঐগগীনি। দিল্লীদা বিএড্ তমলিঙৈ নম্বনি। শেৎলিবা ফিজেৎ অসি ঐখোয়গী বিএড্ ক্লাসকি পিটিগী ফিজেৎনি।

মসিগী ফোটোসি উবদা ঐখোয়গা বিএড় তম্মিন্নবা ওঝা রাধেশ্যামনা হায় "অনী লেপ্পসিদি ঐদি নিত্যাইনন্দগা মহাপ্রভুগা ওইরবোই নীংলুরে ইচেগা নঙগা ওইরে।" অদুগা ফাক ফাক নোকই।

ঐখোয়গী সি আই ইগী কলেজ অদু নুমিৎ হুন্নি মরীনি ছুটি থাবা অমা য়াওখি। ইচেগা ঐগা হৌনে হন্দক্তি ছুটি খরা শাংনা থারিঙেসিদা বৃন্দাবন অমুক্তং য়ৌরুসিদো। মীসু য়াম চৎনৈ। মৈতৈ ঐখোয়গী তীর্থ মফম্নি হায়দুনা। ঐখোয়সু নকলিঙে অসিদা চৎলুবা য়াইনা। ফেনে, য়ায় হায়নদুনা ঐখোয় চৎলুই। রাফমসি ইচেনা হান্না হৌদোরকপনি ঐনা পাংশিনবনি।

বৃন্দাবন য়ৌরে। ইচেহোয়গী লৈকাইদৈ অহল অমা বৃন্দাবন্দা বাস লৌদুনা লৈ হায়। অহল অদুই লৈফম ময়ুম থিরে। ফংদুনা য়ুম অদুদা চঙলে। য়ুমদুই শুমাঙদা হনুবী অমা লেপতুনা লৈরম্মী। চাউ শাংই, মীওই মীতৌ ফৈ, মগুণ লৈ। অহল হনুবী অদুই মশক হেক উবদা অচৌ অশাং লৈমা কোন্দা হৌরকপী মাল্লি।

অহল অদুনা ইচেবু হেক উবদা হায়, "হাইমা থোইবী নঙদি সিদা কমদৌনা? কদোমদৈ?"

ইচেনা শন্না "লাকইনিদনা" হায়না খুম্মী।

অহল অদুনা হংঙি মী কয়া লোয়নরকপগে? লাইফম শুনা উৎসব কৎকদ্রা? নুমিৎ কয়ানি লৈগদৌরিনো? অসিনচিংবা। ঐখোয় শ্রীধামগী মফম খর য়েংলুখিগে অদুগা হল্লক্লগা ঙাঙনসি হায়রমদুনা মফম অদুদৈ থোরক্লে। রাধাকুণ্ড, শ্যামকুণ্ড য়েংলে। কুণ্ড অনীদুদা মীনা কৃক কৃক ইন্ননা ঈরপনরি। তর্পন কৎনরি। কুণ্ড অনীদুই ঈশিংদি কমদৌরি লৈনাংনি খঙদে, মী মরেকনি খঙদে নঙ নঙ লাউই। মচুনা হঙ্গাম অথোংবে মহী মচু মাল্লি।

ইচেনা মদু উবদৈ হায় "মসিদবু পাপ কোক্লবনি হায়দুনা ঈরুপ্পা হৌনদে। নোরোক তারবসু অদু মঙাইরে তাজরগে। মসিগী ঈশিং অসিদি খুৎনফাও শোক্লিংদে শোয়দনা মহীক পকলক্কনি। অবোক ইবেম্মগী য়ুমদা গুহা অমা লৈহৌবা উরম্মী। মদুদৈ ঈশিং শোক্কৎলগা ইরুথোক্লসি। অসুরাইসি কুইনা লৈবা য়াবা লম নত্তে। ঙসিমক দিল্লীরোমদা হন্নবা তৌরসি।

অবোক ইবেম্মা ঐখোয় হল্লগে হায়দুনা লুপা ১০/১০ খায়নদুনা উসব কৎপিয়ু হায়দুনা পীরম্মী। প্রসাদীসু অবোক ইবেম্মনা অদুম খুনবীরো হায়রল্লগা নুমিৎ অদমক্তদা ঐখোয় দিল্লীরোমদা হল্লকখি। হল্লকপদা বস মনুংদা রারী শানা শানা লাকখি মৈতৈনা তৌরিসি অঙকপনিকো হায়না।

ইচেনা হায় "মহোয় রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড হায়বদুদবু তীর্থনি হায় ঈরূপ্পবা য়ারিব্রাও? ঈশিংনা নঙ-নঙ লাউরে। মচুনগা হঙ্গাম মহী মাপ্লে। মোৎসু হায়নীংঙাই লৈতনা মোৎলে। পাপ কোক্লবনি হায়দুনা লাইথুং থুংবা মখেসু ঈরূপশিল্লে। তীর্থগী ঈশিংদুবু লায়না জাৎ জাৎকী মহীক ঙাক্তা ঙাইরম্মনিনে। ফপ্রে ফপ্রে। ঐখোয় শুহাগী ঈশিংনা ইরূজরকপা।"

দিল্লীগী বিএড্ তম্বা লোইরে। পরীক্ষা থাপ্রে। অরোইবা ওইনা চৎলমদাই মতমদা ময়াম্না কলচরেল প্রোগাম অমা ছাত্র ছাত্রী ময়াম্না উৎনদৌরি। অহৈ অহৈবা উৎনদৌরিনি। ইমান্নবা ময়ামগা ওঝাশিংগনা মণিপুরদৈ লাকপা মখেনা মৈতৈ জগোয় অমা উৎতবা য়ারোই হায়রে। জগোয় অদু করম্বা জগোয় কনানা শারগা কমদৌনা উৎপা হায়বদু নুমিৎ নিনী হুমনি চঙনা খন্নরে। উৎলনুসি ফজররোই য়েংবা য়ারোই হায়নরে। ইচেনা য়াদে খম্বা থোইবীগী জগোয় উৎকনি ইচেনা থোইবী শানি হায়রে। ইচেনা য়াদদুনা খম্বা থোইবীগী জগোয় কলচরেল প্রোগাম অদুদা উৎপা তাখি। ইচেনা থোইবী শারগা থৌবালদৈ বাইখোম ওঝা তোমচৌনা খম্বা শারগা উৎকদৌরিনি। ওঝা তোমচৌসু ঐখোয়গা বিএড্ তম্মিনবা ওঝানি।

মখোয় অনীনা কোয়চৎ চৎতুনা হংলুবদা দিল্লীদা মৈতৈ জগোয়গী ওঝা অমা লৈরম্লে। মঙোন্দগী খম্বা থোইবীগী জগোয়গী ফিজোল শুনা বাইরুরে। নোংমা নিনিদু ইচেনা পুংলোন ময়েদু ময়াং পুংয়েবা অদুদা তম্বীরে। জগোয় ঔরাইমিন্নরে। মতৌ অসূম তৌদুনা কলচরেল প্রোগ্রাম অদুদা খম্বথোইবী জগোযদু মহয় য়ান্না ফজনা পাঙথোকখি। ইচেদি পুং য়েবসু হৈবনি, ঈশৈসু হৈবনি,সিতার খোংবা হৈবনি। ইচেগী য়ুমদা হারমনিয়ম, তবলা, সিতার শুনা লৈ। করি করিগুম্বদা ইচেনা সিতার খোংদুনা লৈরম্বা, ঈশৈ শক্তুনা লৈরম্বা মাবু উনবা চৎপদা থেংনৈ।

ইচেনা য়াম্না হৈবা অমদি শম ককপনি। লৈখিদ্রবা হাওবম খুড়াইবুংঙো ইবোয়াইমদি ইচে নত্রবদি কনাদসু শম ককখিদে।

ওঝা অমা ওইনা ওঝাই ফিদম চপচানা উৎলম্বী ইচেনি। কাকৈথেল গার্ল স্কুলদা হেড মিস্ট্রেস ওইরম্মী। স্কুলগী প্রোগ্রাম এক্সত্রা করিকুলার এক্তিভিটি ফজনা পাঙথোকলম্মী হায়নৈ। শান্নবৈ মতমদা, স্বরসতী পূজাগুম্বদা ইচেনা মাইক পায়দুনা লাউবা তাহৌই য়ুম নকপনিনা। লৈকাইগী ইচেম ইনেমশিংনা ঙাঙনৈ ওঝা থোইবীসি অঙাংশিংগী শান্নখোৎনবদা থবাই য়াম য়াওই। ঙসাই অয়ুক্তে মাইক পায়দুনা লাউরিসিবু বাদমাল্লেনে। খঙদে ওঝা থোইবীনবু মাইক পায়ব্রদি য়োংনা চু পায়সি মঙাই সুকথা হেক থাবা লৈতে অসুন্না। ইচেনা খুরাই গার্ল স্কুলদা

ট্রালফর চৎখিবদে ইচেগী খোঞ্জেল মাইক্তা তাখিদ্রে। স্কুলদা মাইকসু খোংখিদ্রে।

## অনীশুবা তাংকক

শোক্ল শন্নবা য়াবা য়াদবে চৎনবী, শাগে জাৎ কবা কত্তবা, লাঈর অনং, ইনাক খুনবা, অশোনববু অকন্নবনা তুহৎপীবা, নুপীবু তোম্বনা য়েংবা মিৎয়েং অসিগুম্বা খেন্নবা চৎনবী ময়ামসিনা য়োমশিল্লম্বা মৈতৈ সমাজনি। মতমদুগী মৈতৈ সমাজগী খেন্নবা ময়ামদুই মরক্তা ঈরোয়ননা চাউরকখি ঐখোয়। "মান্নবা, চপমান্নবা, মীগা মীগা খেন্নবা লৈতবা।" নীতি অসিবু পামলকখি অঙাং ওইরিঙৈ। অপাম্বা অসি ইচেগা ঐগা ১০০ গী মনুংদা ৯০ দি মান্নরম্মি। খেন্নবা ১০ লৈরসু। ইচেসু পান্নমগনি ঐনা পাম্বগুম "মান্নবা"।

কম্যুনিস্টকী মান্নবা ঈচেলদা তাউথমিন্নরকখি ইচে অমসুং ঐ। নোংমা তাখি ইচেগী য়ুমদা থানানা থি হুম্বে থবক চৎথবদা লাইরিক, লাইরিক মচা, চেজায় কয়ামরুম ফাগৎখি হায়না। পুন্না কম্যুনিস্টকী লাইরিক মশীং ২৫৪ শুই হায়। মদুই পাউদু তাবদে ঐনা ঐগীদা লৈবা লাইরিক মখে অহীং তুমদনা মৈ থাখি। ঙন্না ডাঙ্গোই ওনখি। তাঙ্গোই ফাওবা নৈখায়দুনা উৎ ওলহনখি।

অহীং অদুগী নোংঙাল্লকপদা ঐগী য়ুম ইমা লুখ্রাবীগা ইচে অহল হল্লকপী অদুগা ঐখোয় অহমতা লৈজবা য়ুম অদু নোংমৈ পায়বা সিফাই ২০ না কোয়শিন্দুনা লৈরম্মী। লমাবম যাদুমনি মতম অদুদা পুলিসকী ওফিসার অমা ওইরি। নোংমৈ পায়বা ময়ামগা পুলিস ময়ামগা উবদুদা ঙক্লখি। ময়ামদুই লমজীংবদি যাদুমনিনা ওইরকখি। মাগী লোয়নরকপা ময়ামদুনা ঐগী ইমুংদা থি হুমবৈ থবক চৎথখি। কৈমতা ফংবা ঙমখিদে। মরমদি ঙরাংগী অহীংদা লোইনা মৈ থাদোকখিবনা।

যাদুমনিনা হায়, "ইবেম্মা! ইবুংগীদি সরকারগী হুকুমনিনা তৌদবা য়াদদুনা তৌবনিকো। ৱারৌনু। ঐগী রিপোর্টতা করিসু ফংদে হায়না ইরগে। সাখীগী সহী অমতংদি চঙগনি। লৈকাইসিগী মী অমতং কৌবীরো সাখী ওইনবা।"

ঐনা "তাইবুংঙো ৱারৌজদে। তাইবুংঙোগীদি ইথৌনি। ইথৌ পাঙথোকপতনি।" ইমাদা ওনশিন্দুনা লৈকাইগী মী কনানো অমত্তা কৌবিরকউ। সাখী ওইনবা।" হায়।

কনামতা য়ারক্তে হায়দুনা ইনা হল্লক্রে। য়ুম শাবা ঐগী মাম্মা থোকপা অমনা "ঐনা তৌবা য়াব্রা সহিদু। য়ারবদি ইমৌগীবু ঐনা তৌরগা লোইরে।" হায়দুনা সহীদু তৌবিখি।

থোকখ্রিবা থৌদোক অসিগী মতুংদা ইমাদা হায়খি লৈকাইগী ইচেম ইনেম কয়া লাক্লুনা "ইনম্মা, ইনে, ইন্দোল শঙ্গাই নঙনা তৌরিসি করিনো? নুপা ওইরদি ফৈ।

নচাসে নুপীনিনে নুপী। নোং হেক ভানবদে নোংয়াই ইতু য়ৌরফাও কাও থাগুম থাদুনা করি থোক্লে হৌজিক। মতুংদা অমুক সিফাই লাক্তুনা থিরয়বদি লৈকাইনা য়ারকলোইকো। হায়দে হায়নি হায়দুনা হায়বিরিসিনি।" অসিনচিংবা কয়া হায়দুনা ইমাবু মিপাইহল্লি। মদু তাবদা ইমাদি কৈমতা খুমদে তুমিন অদুম লৈ।

ইকুই কুইদনা ঐ গুবাহাটিদা লাইরিক তম্বা চৎলে। ইমানা করি তৌহৌবা, ইচেথোইবীনা কমদৌথ্রবা অমতা খঙখিদ্রে। মসি ইং ১৯৪৫ দে ১৯৫১ ফাওবে মনুংদা ওইরম্বা য়াই থাঙ্গেশেংবা খঙদ্রে।

হায়রিবা মরক অসিদা ইচেথোইবী লোৎতুনসু লৈরুরে, জেলদসু চঙলুরে হায়না তাখি। থোইবীনা জেলদা চঙলগা প্রমোদিনীনা করম নাম্থোকহৌরিবা অঙকপা অমা ওইনা ময়াম্না ঙাঙনখি হায়।

ইচেগা ঐগসি ওঝা ওইবা য়ানবা মপান্দা রাজনীতি য়াওদ্রে তোক্লে হায়জিন্নবনি। মনুংদদি তোকপৈ বা সুপলৈ লৈখিদে। নোংমা ইচেগী য়ুমদা চৎলি। সুম ৱারী শান্নরম্বদৈ হৌগৎতুনা চৎথ্রগা খোংউপ জুরা অমা পুথোরক্তুনা ঐঙোন্দা উৎলি অদুগা নোক্তুনা হায় "য়েংঙুনে জেল মনুংদা ঐনা লৈরিঙৈদা তোংনবনি হায়দুনা পীরকইনিনে ঐখোয় ইচেনা।" ইচেথোইবীদি ইচেবু পোকপা ইমা অদুদা ইচে হায়না কৌবনি। ইচেনা লোৎতুনা লৈরিঙৈগী ৱারী ইচেনা লীরম্বা নুংঙাইখ্রবা ময়াম অমা লৈরি। ৱারীশিংদু মতাং চাবা কান্দা ময়ামদা লীজরগে।

## অহুমশুবা তাংকক

ইচেনা করম্বা মতমদৈ ইবা হৌখিবগে হায়বা অদুমদি ঐ মুন্না খঙদ্রে। ঐনা খঙজবা হায়বমক্তবু ওঝা ওইরিঙৈদৈ ইবা হৌখিমাম্লে অসিতনি। ইচেনা ঐঙোন্দা পেন্সন ফংবা হাল্লি। থবক্তে পোৎথারবা মতুংদগীদি ঐখোয় অনীমক মতম মরাঙ কায়না ফংলে। লৈতানা ইবা ঙমলে। ইননবগী মতম ফংলে। শক ফজবী ফম্বাক কাদুনা লীলা য়াওবা য়াবা মীওইসু ওইদে, মাগুব ময়ায়দা থোক্তুনা ঈশৈ শকপা ঙম্বীসু নত্তে। পোৎফম ফমদুনা পোৎ য়োনবা য়াবা মীতাসু নত্তে। অচুম্বা হায়বা পোৎশক লৈত্রকান, শেলগী যুগ অসিদা রাজনীতিদসু খোঙদানীংদ্রে।

ইচেগা ঐগা মতাঙ অসিদা তাম্লে। ইচেনা হায় "হৌজিক ঐখোয়না তৌবা য়াবা হায়বু সমাজ সংস্কারগীদমক খরা ইরম্বা তায়। ইসি। মীনা পাগে হায়রসু পাসনু পারোই হায়সু তোকসনু। ইদুনা থনমসি।" ৱারেপনৈ ঐখোয় অনী। ইরে। অইবী ওইরে। সাহিত্যগী উসবতা ঙসিদি ঐখোয়গী চাকলুক অমমম ফংলে।

মরক মরক্তা ইচেগা ঐগা হেক হেক উনৈ। ইচেনসু ঐগীদা লাকই। ঐনসু ইচেগীদা চৎলি। ঐগী লাইরিক ফোঙবা খুদিংগী ইচেদা খুদোল তম্বা চৎলি। ইচেনসু মাগী অনৌবা ফোঙবা লাইরিক পীরকই। অসূন্না লোয়নরকই। উনবা খুদিংগী ইচেনা হংঙি "নঙ অনৌবা করি লাইরিক ইগে খল্লি?" ৱাহং অসি উনবা খুদিং হংবা শোয়ফন্দ্রবা ইচেগী ৱাহংনি। "শোল্লক্রবনিনা ঐখোয়গীদি ইবা নত্তনা কৈসু তৌনীংঙাই লৈত্রেদো। মীনা পানীংদদুনা পাবিদ্রসু ঐখোয়দি ইরম্বা তায়। ঐখোয়না মৈতৈ সমাজ অসিদা হায়রমনীংবা ৱাফম খরদি ইদুনা থনম্বা হায়বসে ঐখোয়গী ইথৌনিনে। নঙসু হেক ঙমলিমখৈ ইরম্মু ঐসু ইরমগে।" অসূন্না ইচেনা হায়রম্মী।

ইং ১৯৮৮ দা ঐ মেজর হার্ট ওপরেসন অমা তৌরুই দিল্লীদা। ওপরেসন লোইরগা ফদুনা ঐনা মণিপুরদা থোরক্রুবা মতমদা ইচেনা ঐগী অনাবা হংবা ঐগী য়ুমদা লাকখি। মতমদো নীংথমথানি। নুংথিলনি। মমাঙশঙ্গোই ঐনা লৈরিদুগী মাঙ্গোলদা ফক অমদা হিপতুনা নুংশা য়াইরি।

পোৎথারি। ইচে লাকপদু উবদা ঐনা অঙাংশিং কৌদুনা ফক অমা থাহল্লি ইচেগী ফম্নবা। ইচেনা হায়রকই "মোন অমা হান্না পুথোকহল্লকউ। ঙহাক্তা পোৎথাখিগে। ৱারী কোন্না শাসি। নহোয় কোম্বোংদৈ সি য়ৌরকপদা ৱাবনা শদৌ থোংলে।" ইচে ঙহাক হিপতুনা পোৎথাই।

ঙাহাক পোৎথারবা তুংদা ইচে হিপলমবদৈ হৌগৎলক্লে অদুগা হায়, "রিক্সানা লাকপদা ৱারিনিনে। রিক্সাগী গদক গদক চোংবিদো মদুনিসে ঐনা য়াম হৈনদ্রিসে।"

ওপরেসনগী মরমদা ইচেনা হংঙি। ঐনা "ঐবু লাইনা চানীংদমাল্লে হিংদি হিং লক্লে। অদুনা ইচেহোয় খ্বাই ময়াম উনবা ফংলিসিনি।"

ইচেনা নোক্লদুনা "নঙনা হেক হায়দোরকপসিমা।" মখা তারকই "নঙবু ইবা ঙমখিদৌরিব্রাও?"

"ঐগী খুৎ য়েৎ থংবা অসিগা য়েৎ থংবা খোঙ অসিগা শিথরে। ইবা ঙমগনি হায়বা থাজদ্রে।"

"খরা লৈরগা মরাইনা ফজরক্কনিদা। ওপরেসন তৌরম্বদমঙাই তৌরিনি। খর লৈরগা ইবা শোয়দনা ঙম্লক্কনি।"

মতম খর হৌখ্র তুং ইচেনা নোংমা হংঙি "নঙবু ইবা ঙম্নবরাও?"

"কদাইদৈনোদা ইবা মতমদা খুৎ অনী চঙত্রবদি ইবা ঙমদে। খুৎ ওইনা বেলান্স পুরগা য়েৎনা ইরিনি। মদুসু খরা ইরগা খুদাং হেক্তো চোকথে। অদুবু নোংমা নোংমৈ পরেং ১০/১০ মুক ইবসু য়াউই। করিগুম্বা মতমদসু লামায় অমা ফানা ইবা ঙম্বসু

য়াউই। খর হেন্না ইরবদি খুদাং অসে হেক্তা চোকথে ইবা ঙমদে।"

"খঙদে ঐসু ইবদা ময়েক ইচৎ চৎতেনে। ময়েকসে সুম ইরমবদৈ ওন্ন তৈননা ইরকপা কানসু য়াউইনে। কৈদগীনো হায়বসু খঙদবা। ঐখোয়না ইবা ঙম্মকত্রিসে চহী য়াম্মক্তুনা শোনজিল্লক তৌরিনে।" ঙহাক তুমিন লৈরুরবা তুংদা মখা তাথরকই ইচেনা "ঐগী পুন্সীগী ইতিহাস অমতংদি ইদুনা থনমগে খল্লি। কুইরে ঐনা নীংলকইসে। ইবসু হৌরবনি। লোইশিনবা ইঙম ঙমদে। ঐনা হিংলিঙেদদি ফোঙলমলোই। ঐ শিখ্রবা মতুং দা ফোঙদোকউ হায়না শিন্নরমনি।"

ঐনা হায় — "পুন্সীগী ৱারী অমদি ইদুনা থনম্বা হায়বসে য়াম্না ফৈ। ঐদি মদুই ৱাখল ইতৌ তৌহৌদে। ইবা ঙমলিঙে মতমদৈ হৌরম্নদি লোইশিনবা ঙমলমগদবনি। হৌজিক্তি ইবসু ঙমদ্রে। উপায় লৈতে। মী অতোপ্পা অমদা খর ইবিয়ু হায়রমগে খল্লি। ঐনা নহারোল অইবীশিং অসিগী মনুংদা অরাম্বম মেমচৌবীগী খুৎইনা ইপাম পামজৈ। ইথোক্লবৈ মচাক পুন্নমক মঙোন্দা পীরম্লগা মাবু ইবিয়ু হায়রমগে। মানা য়াবিরক্কদ্রা য়াবিরক্লোইদরা হায়বদুদি খঙদ্রে। ইবিগে হায়রসু ইসনু ইবিরোই হায়রসু তোকসনু। পীবদি পীরম্ননি হায়সু হায়রম্ননি।"

ইচেনা খুমলকই — "ফৈনে। মদুদি য়াম ফবা ৱানি। মেমচৌবীসু কাইদামনিহে। মানবু চুম্মী হায়না খনথ্রবা ৱাফমদু থোক হায়দোকপা ঙম্বা বন্দ লৈতবনি। অদুগা মাদি পোৎ খুদিংমক মমুৎ তানা খঙলগা ইবনি। প্রজেনটেসনসু ফজবনি, মরীক চুম্বনি। মানবু য়াবিরবদি য়াম ফবা ৱানিনা। নঙনা ইরম্বা ঙমদ্রগসু।"

মতম ফনা শাংনা ইচেগা ঐগা উনখিদ্রে। ইচে নাই হায়না তায়। নোংমতা চৎতুনা হংলুবা ঙমদে হকচাং শোনবনা মরম ওই। ইচেসু অমুক নাই অমুক ফৈ। ঐসু অদুগী অদু মঙাই। মরক মরক্তা কবি সম্মেলনগুম্বদদি উনৈ। পামজবা থৌরমনিনা লাকনৈ ৱানা ৱানা। ফঙসন খরদনা ইচে লাক্তবা খরদনা ঐ চৎতবা অসুন্না ঐখোয় অনী ফরক চৎনবদৈ উনদবনা কোঙ্গায়নি। অসুন্না ইচেগা ঐগা তোয়না উনদ্রে।

কুইদ্রি নোংমা স্নাইবেম্মা বিনোদিনী ঐগীদা লেঙকঅম্মী। স্নাইবেম্মনা হায়রম্মী "থোইবীনা নঙবু ফংসনদা করিদা লাকপা ইউ উখিদ্রে এম. কে ঐখোয় নোংমা অমুক্তা চৎলুসিনে। মশা কয়াম শোল্লজাৎনো য়েংঙুসি হংবিরুসি হায়না।"

খরা লৈরগা তারে ইচে নাদুনা লৈরে। হোসপিটালদা পুখৎখরে। কন্না নাদুনা ইন্টেনসিভ ৱার্দতা লৈ হায়না। ঐসু ফমুংদা লৈ। পাউ তাবতনি চৎতুনা অনাবা হংলুনবৈ পাঙ্গল ঐঙোন্দা লৈরমদে। খুকউ পোমদুনা চৎপা ঙমদে হৌগৎ কাংখৎপা ঙমদে। খরা লৈরগা অমুক তায় ইচে নাবা খর ফদুনা য়ুমদা পুথরক্রে। ইচে শোয়দনা ফরম্ননি খন্দুনা

নংঙাইরুই। অদুগদি ইকুই কুইদনা তাং ৯/১০/৯৬ ইংগী অয়ুক্তা লৈত্রে। হৌজিক খাঙেনফমদা লৈহৌরি। পোৎলোইফমদা পুথোক্কদবতা মঙাইহৌরে।

ইচেগী অনাবা হংহৌদে। শিবসু চৎলুদে। শোরাৎ য়াওবা ঙমখিদে। হকচাংগী পাঙ্গল শোনবনা।

ইচে তাইবংপাল থাদোকখ্রে। মালেমসিদা লৈত্রে ইচেদো।

তাং ২৬/১০/৯৬ ইং

# ফমচাক খাঙখ্রবী ইবেমপোক লৈশাবী

মপাল কাংজৈবুংদনি। মীনা পূমমু মু তিল্লি। কাংজৈবুঙদা মায়গৈ মরীদৈ বস্ গাড়ীনা মী হোল্লক্লি। য়ামখ্রে। লাঈজ ঈশিংনা ঈথক হৌগুম মীগী ঈথক হৌরি লেঙ লেঙ চৎলি। বস গাড়ী ৫০ মুক্লা অয়ুক অঙনবদৈ লেপ্পা লৈতা মায়গৈ খুদিংদৈ হোল্লকপা মীয়ামনি পয়রিদো। করি তৌবৈনো খঙদে। মিটিংনিদি হায় কন্নানা করম্বা দলনা কৌরিবা মিটিংনো কনামতা মুন্না খঙনদে। লুপা ২০ চৎপীগী মিটিংলা লুপা ১০ চৎপীগী মিটিংলা মদুসু খঙনদে।

হনুবী অমা নম্বো মচা অমা পো লাকই চৈশু কোক কোকশু। হনুরে মখ্বাংদু কোল্লি কোল্লি তৌরে। মকোক্কী শম অদুসু পোক হৌরে পুংঙৌ ঙৌ। অঙকপা অমদি হনুবী অদুই ফিজেৎ চাকচাদুনি। মেক্সি অমনবা মচু থোক্তবা অরাংবা অমা শেৎলি। মোৎপনা শেৎলিবা ফিদু মুন্না য়েংদ্রদি লাংই হায়বা ফাওবা খঙদ্রে। ফুরিৎ মোইরাংগী ইপু থোংলেন্না লিৎকদবা অমা লাঙজা মশা তাবগুম লিৎলি। মকোক্কী মশম অঙৌবদু লৈশাবীগুম শল্লাং কোয়কক্লে। মমায়দো কুরু কারে খুইবনা। কংলা পার্কী মপান্দা

থারিবা বেঞ্চ অমদা ফম, মঙ্গ্রা অঙানবা চা পোৎথারি হনুবীদু।

পাখাংমচা অমা হনুবী অদুই মনাক্তা হাথু হাথু চঙশিল্লকই, "ইবেমপোক! ইবেমপোক! ইবেমপোক নত্রাও? কদোমদৈনো তৌরকইসিবো?"

ইবেন — হাওনে, নঙবু কনানোনে? নশক লাকপা ঙমদ্রেনহে। চঙশিল্লকউনে। য়েংগেনে মিৎ নানগা ফত্তবসিদা।

তোলেন — ঐবু খঙদ্রব্রাও? ঐ তোলেননে তোলেন। ইবেমপোক্কী নৌপুবা অতোনবা নোংয়াইগী মচানীপা অতোনবৈ মচা ইতোন তোনবা তোলেন হায়দো ঐনে ঐ!

ইবেন — হো হো নিংশিংলক্লে নীংশিংলক্লে। নঙ তোলেন ওইরে। ঐদি নহারোল অঙাওবনা ইবেনদা লঙনরিবোই খল্লুরেদনা। হৌজিকপু নঙবু কদায় চৎকে লাকপনো? ইম্ফাল লমজাওসিদা নতোমতা চৎপা কিজদবরাও? বোম্বা পাল্লদি কমদৌনি?

তোলেন — কিদে। বোম্বা পাল্লোই। ঐনা চৎকদৌরিসে কলেজদনে। ঙসি ঐগী পরীক্ষা লৈয়ে। ইবেমপোক উবদুদা উন্ননীংমনখ্রদুনা চঙঙকইনে। অদো ইবেমপোক্লা শেৎলি চারিবা ফিজোলসিদি ওম্ভোক্লা ব্বায়োং চাখিদ্রেদা। করি করিনো নহাগী ফি ঙাক্তা মথোঙ হুক্তে হায়বা।

ইবেন — করিগী মথোঙ হুক্তনি। মৈতে ফনেক শেৎলদি, মৈতেগী ইনশি মইন ইল্লদি আউট ডেটেত ওই হায়দুনা মৈতে লৈশা পাখংনা নোক্লেনে। মরু ওইনা নোক্লরিসে কলেজ তম্বা তম্বীনমুক হেল্লি। বোম্বে, কলিকাতা, মদ্রাজ, দিল্লীনচিংবা মফমদা তম্বনা খর খিৎ হেল্লিসে নোক্লবা। মীরমগী সিটি এয়ারপোর্টতকা ইবেনবু উরবদি মমায় হেক্তা লৈথোকখি ঐনা কৌরক্কনি হায়দুনা। ইকায়জে হায়দুনা ইবেন্দা য়েং বী লাকপীপোৎ নত্তেসে। অদুনা ইবেনহোয়সু অপটু দেট ওইনবা শেৎলিনিদনা খঙঙব্রাও?

হায় ইবুংঙো নঙ পরীক্ষা লৈ হায়দায়? তোলেন, চৎলো চৎলো থেঙথ্রনি। কাঙজেবুঙদা মিটিং অমা তৌনি হায় লাঙলিসে ঐ ঙহাক্তা তাহৌখিগে।

নুমিৎ খর হৌখ্রবৈ তুংদা নোংমা লোক্তাক্কী শেন্দ্রা চীংগী মথক্তা টুরিস্ট হোম লৈবদুই মনাক্তা লৈবা পোৎথা শঙগী ফমফম অমদা মকোক ইঙৌ ঙৌবা কনানো অমা মনাক্তা চৈশু অমা থম ফম্বা উই। উরিদু মতুং লোমদৈনি। ইবেমপোক মানখ্রেদা হায়না তোলেন চীংখাদে চীংথক তম চেন্না চেন্না কাখৎলকই। চীংথক য়ৌরগা য়েংবদা মবেমপোক ওইরম্বদুদা হরাওমনখিদুনা মনাক য়ৌফাৎত্রিঙে "ইবেমপোক" হায়না

মখোল হৌনা কৌই। কৌবা অদু তাদুনা হন্না ইবেমপোকনা য়েংথোরকপদা মনাক্তা তোলেন লেপতুনা লৈরমলে।

ইবেন — হৈমা। তোলেন নঙদি করন্না ঐ সিদা লৈ হায়বা খঙঙিবা?

তোলেন — আ অরাপ্পদে উবা অদুদা লাক্লিনে। ঙাইখো ইবেমপোকপু নহাল কংলা পার্ক্তা উবদদি ইবেমপোক্কী শমদুবো পোক হৌজরসু চুবাদা তাবা মাঙগী শমদুদি ফনা য়াম্না কুঙনা উইদা ঐবো। ঙসিদি ইতাক তাক্লা উরে কৈদৌরুরে ইবেমপোক?

ইবেন — হেরা, ঐখোয় অনী নহাল নোংমা কংলা পার্ক্তা উনৈদনা। নুমিৎতুদা ঐ কংলা পার্ক্তা ফমহৌইদনা কাংজৈবুঙগী মিটিংদু তাখিনি হায়দুনা। মিটিংদো হৌবা কুইদ্রিনে। কদোমদৈনো হায়বা খঙদে মরাঙ মরাঙ তৌনরকএ। অদৈ ময়ামদো মফম মরাং খঙদে কায় কায় পঙচেন্দা চৈন্নে। ঙহাক লৈরগা সিফাই ময়াম্মা থোমজিল্লক্লে। সিফাইশিং অদুনা ময়ামদু চেকতৌবা হৌরে। ঐসু ঙসিগীসি থৌদোক মতামনি হায়দুনা কাঙজৈবুঙদৈ থুনা থোরকএ। সড়ক য়ৌফাৎত্রি সি.আর.পি. ৫/৬ না ইবেনবু কোয়শিন্দুনা ফারে। অদুগা মহোয়না — হায় হনুবী নঙগী নম্বোদু কৈনো? বোম য়াওব্রা? হায়দুনা নম্বোদু মুনগে তৌএ। মুন্নবা হোৎনবদা ইবেনগী শাইসে লুমাংগী শায়সে লাক চিংবদা তৎখিবনে। অদুনা তাকনা উরিবা! নবেনসু — কেরেট করাটে, শরিৎ শরাৎ ও-খাক হৈরিনিদো অদুনা লৌবা ঙমখিদবৈ য়ানিদা। ঐনা চৈশুনা মহোয়বু কনগে তৌবনে। তানজা অদুদা নোংমৈ মখোল অমা কদোমদগীনো তারকএ। মখোলদু তাবদৈদি মহোয় ঙমনা চেনখিবৈ য়ানিদা। করিনো অদুক চাউবা কাঙজৈবুঙদো মফম মরাঙ খঙদবনিনে। মীনা ফুনা চৈনরিবা, করিনো নোংমৈ মখোলনা মরোল অমা প্রোক প্রাক খুরক হাঙদবনিনে। ঐসু তৌফম অমা খঙদদুনা কোয়েং য়েংদুনা লৈরে। কোয়রৈ লয়দুনা য়েংবদা উরক্লে। কংগ্রেস অফিসকী মনীংদা উকু অচৌবা অনীখক তাদুনা লৈবদু উরে। থুনা চেন্না চেন্না চৎতুনা উকু অমগী মনুংদা চঙদুনা ঐ লোৎ লৈরে। উকুশিংদো শীজিন্নদ্রিবা অহনবা ঙাক্লে। মন্নি মন্নি তৌবা মতম লাঙলম্বা মীয়ামদু তারুখ্রবদা উকু মনুংদৈ ইবেন থোরকইদনা।

তোলেন — ঙসিদি ইবেমপোক্কী য়ারী ময়ামসি তাবদা ওম্বোক্লা নুংঙাইখ্রে। অদো ইবেনপোক্তে ঐনা খঙনীংবা খরা লৈরেনে। খঙনীংবদো ঙসি তানজা চারিঙৈসিদা খরা হংজবা তারিয়ে। ইবেমপোক্তি উনগে হায়রসু উনবা ফংদে। কৈসু নত্তবসু পংথেং মথেংনৈ।

ইবেন — করিনো ইশুনা খঙনীংলিবদো হংঙো। ইবেম্না লোইনা তাক্কনিনা।

তোলেন — অশুক কুইবসে ইবেমপোকপু কদায়দা লৈরুবগে?

ইবেন — ঐবো? নবুধৌ পুরেন নাককপা অৱাং পাখং য়ুরেনবা কোরৌহনবৈ নাক্তা লৈরুইদনা। কোরৌহনবদো ঐগীদি ইমা পোকপা ইপুগী মপানিদনা। ঐগীদি ইবুধৌ থোকইদনা। হন্দক মালেমদা ঐনা নোঙ্গমলকপসে খোইনৌ য়াংদৌ চান্নরোই, শাগৈ নাতৈ, মরীমতা, ইচেম ইনেম ময়ামসু উনগে। মৈতৈ লৈবাকসু উদবা কুইরে। মৈতৈ লৈবাকসি মহৌশাগুম ইতৈ তয়রিব্রা হায়দু অমুক্তং ইমিৎসি থীৎনা য়েংগে। অদুগা মৈতৈগী তম্পাকলম অসিসু অয়ুক নুংথিল খায়ররোই নুমিৎ থোক্লনি হায়বা পাউ অমা শোরারেন্দা য়ৌরকপা। মদু চুমব্রা চুমদবরা হায়দু ঐবু য়েংঙুচৎলো হায়দুনা নবুধৌ পুরেন নাককপা কোরৌহনবা শোরারেন্না থারকইনিনে তোলেন।

তোলেন — নুমিৎ থোক্কনি হায়বদো নুমিদাংদা হৌজিকমক্তি থোকত্রি হায়বা। মশেকপুদি খরা খরা লাকপা হৌরে। হৌজিকমক্তি পুরানা থোক্ত্রিদনা। অদুগা ইবেমপোক্কা উনরুনি হায়বদুনা কনা কনানো?

ইবেন — ঐনা উনগে খনবা মীদি য়াম য়ামখ্রে। নবেনধৌ পাম্বোইবী, নবোক য়ুমজাও লাইরেম্বী, ননেহন কোম্বৌজম তমফা লাইরেম্বী, ননেতোন কোন্দোন লাইরেম্বী, নমাবোক লাইখুরেম্বী, নন্দোমচা ঈশিংচাইবী, অতৈ অতৈ উমং লাইরেম্বী ময়ামসু উনরমগে খল্লি লাকলিঙৈসিদা। অদুগা অন্দ্রোগী মৈ অদুসু চাকলিবরা মুৎখ্রবা হায়বদুসু য়েংঙুখিবা তারি। ঐ পঙনসু নোঙ্গুম্লকপা ঙমদেদো। অদুনা হন্দক্কী ঐগী মর্ত্তলোক্কী টুর প্রোগ্রাম খর  শাংগদৌরে হায়দুনা নবুধৌ পুরেনদৈ খর কুইনা মালেমদা লৈথনবা পার্মিসন লৌরক্লবনি। উমংলাই খুদিংমক্কী হরাওবদা জগোয় খুৎথেক অমমমতসু কৎলমগে খল্লিনে।

তোলেন — খঙজরে ইবেমপোক। অমতংগা হংজখিগে।

ইবেন — হংঙো ইশুনা হংনীংবতা হংঙু।

তোলেন — ইবেমপোক্কা চেকশিন্না শেন্নদুনা পোরিবা নম্বোদো করিনো? মনুংদা করি করি য়াওরিবগে?

ইবেন — মদুমদি হংঙক্কনুহে। মতম খর ৱাৎলি তাকথোক্কদবা। কোম্না খঙলক্কনি। ঐগী নম্বোসিদা য়াওরিবসে মসি মাঙখিবা নুমিৎতা মৈতৈ হায়বা ঐখোয়গী নুংশিজখ্রবা ফুরুপ অসে মালেমদৈ মাঙখ্রগদবনি। অদুনা ঐগী নম্বো মনুংদা করি য়াওরিবগে হায়বদু নহোয় শোয়দনা নোংমদি খঙলক্কনিকো। মতমদুদা নহোয়না য়াম্না চেকশিন্না নম্বো মনুংদা য়াওরম্বা মখৈ মফম চানা শেন্নদুনা থমগদবনিকো।

তোলেন — অদুগা ইবেনপোক অমখক্তংগা?

ইবেন — করি ৱাৎলিবগেনে? লোইদ্রিবরাও?

তোলেন — লোইদ্রি ইবেমপোক। সুপ্নগী মচা অমখক্তনি। ইবেমপোক্লা চৎপফাও চৈশু য়াওদ্রবদি ঙমদ্রবা মতম অসিদা করন্না মফম খুদিং য়ৌরিবনো? মদুমতং গা নশুদা তাকপীরম্মুনে ইবেমপোক।

ইবেন — তাক্লোই। সুকতাক হেক তাকলোই হায়রিসিনি।

তোলেন্না নিংশিংলকই খুল্লক ঈশৈদা শৈশক্লরিবা ফৌকৈদা লৈরে ফৌওইবী, লাইজ ঈশিংদা লৈরে ঈরৈমা, লমদা লৈরে লমলৈমা, য়ুমদা লৈরে ইমা লৈমরেন শিদবী, ৱাৎত পাদবী ইমোইনু অহোঙবী হায়বদো।

থা ৪/৫ রোম হৌখ্রে তোলেননা ইবেমপোক লৈশাবীগা শেন্দ্রা চীংগী চীংথক্তা ৱারী শানখিবদু। ইবেমপোক লৈশাবীদো মণিপুরগী মফম কদায়দসু উখিদ্রে। কদায়দা চৎখ্রবনো কন্নানসু খঙদে। শিখ্রবরা হিংলিবরা হায়বসু খঙদে। তোলেনগী ৱাখল মচাদুনা লাম্বা ফংদে। তোলেনবুদি অতোন অতাংনি খোমদোন্নি হায়দুনা ইবেমপোক লৈশাবীনা লুনা তৌজবনি।

ইখঙ খঙহৌদনা নোংমা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল ময়ায়দা বোম অচৌবা অমা পোকখায়রে হায়দুনা মীয়াম পংচেন্দা চেন্নে। কৈথেলসু কায়। মায়কৈ শলাই খঙনদে। কৈথেল কায়হৌরে, কৈথেল কায়হৌরে হায়দুনসু পাংলাউ লাউনৈ। পোৎফম ফম্বী নুপী মখৈসু মপোৎ মপোৎ য়োমশিন্নদুনা চেন্নখি। পোৎয়োনবী নুপীশিংদু লূকায়, লুথোং, পোল্লাং, বোরানচিংবা মকোক্তা মাই মাই মকোক্তা থোনগৎ ময়ুম তম চেন্না চেন্না চৎনখি নুংশা থবেৎ থবেৎ হোন। মীনা চীক্ল চায়নবা ঙমদে। কৈথেল নুপী হন্নখিবশিংদুনা ঙাঙনখি — হনুবীদো য়াম্না হনুরে। মকোক্তু পোক্লা পুমঙৌ ঙৌইনে। নুংশিখ্রেদা হনুবীদো মনমগন্দা নম্বো মচামসু পোজেনে। মকোক্তি বোম্না পান্দুনা ইতোই হেক তোইরেদো। করিনোনে ঈ য়াম থোকখ্রমাল্লেবো। মানা তুদুনা লৈরিবা মফমদো ঈনা পুমঙাং হেক ঙাঙবা। অমনা শিরম্মনি হনুবীদো। অমনা শিদদি ঈ অদুক য়াম থোক্লগবো। অমনা মাই মচা মশু লৈরমনিনা মহোয়দি তারমলোইদো। অমনা ঐ লৈরমনি হায়বা থাজদে। লৈরগবু অসুন্না কোয়চৎ চৎ লৈগদরাও? খঙদেনে। অহলদো নুংদি নুংশিখ্রেদা।

নুপা মীয়ায় চল্লবা অনীসু থৌদোক অদুই মরমদা ৱারী শা শাদুনা হায়থরকই। অনীদুই মরক্তগী অমনা হায় হনুবী অদু খর পেং চোইরে হায়নৈনে। অমদুনা অচুম্ববু চৎলবা অশেংববু ঙাঙলবা মীদো ময়ান্না পেং চোইরে ঙাওরে হেক্তা হায়নবনি।

শানখ্রি ৱারীশিংদু তোলেন তাহৌই। ওইরমতারে হায়দুনা মা নুংশা থী। স্বর চনীং চামাঙ শম্নদা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা মিপাইবা অমগা লোয়ননা খ্বাইরমবন্দ কৈথেল তম

চেন্না চেন্না হাইগৎখি। হাইথরকপা নত্তনা হাইগৎখিবদি অমত্তা য়াওদ্রবনি লম্বী চৎলিবশিংদো। লম্বী সড়ক্কী নাক য়েংতা লেপহৌরিবা ঈ পাউ লৌরিবশিং অদুনা তোলেনবু হাইগৎগ্রনু হায় খাম্বনি। তোলেননা য়াদদুনা হাইগৎখিবনি। চৎখিবনি অওইবা অমা খঙনীং মবেমবোক উননীং।

তোলেন চেন্না চেন্না লাকপনা খ্বাইরমবন্দ কৈথেল য়ৌরে। থোং নম্বোনবী লানশিনবা ৱানা থোকই। মীনা কৃক কৃক ইম্নে। চাউখ্রবা কৈথেল অদো মীনা পুমথল থল্লি। ভাবোক ঙাক্তনি। তোলেন্না য়াম ৱানা মীয়ামদো মরক খায় খায়দুনা চঙশিল্লকই মীয়াম্না কুঙনা ওমশিল্লিবা মফমদু তান্না।

উরে শোক্লিবা ঈখেং মরক্তা তাদুনা লৈরিবা অদু তোলেনগী মবেমপোক লৈশাবী হনুবী অদুনি হায়বা। হেক উবমক্তদা তোলেননা চেনশিল্লি "ইবেমপোক" হায়না হৌনা কৌদুনা। থানা অনীনা নঙ চঙবা য়ারোই হায়দুনা মখুৎ নাম্মা নাম্মা ফাদুনা তোলেনবু খাম্লে।

শোক্লিবা শিরিবা মফমদি খ্বাইরমবন্দগী শামুমখোঙ মনাকমক্তদনি। বোম স্কাদ লাক্তুনা হনুবীদুই ময়োম নম্বোদুদা বোম য়াওরম্বা য়াই হায়না চিংনদুনা চেকশিন্না ফাকলি। তোলেন হনুবীগী মনাক্তা চঙজগে মশু থোকই হায়জৈ। থানানা ময়োম ফাক লোইদ্রিফাও চঙবা য়ারোই হায়রে। চঙহনদ্রে।

তোলেন মরক অসিদা নীংশিংলকই মবেমপোক্না মঙোন্দা হায়রম্বা ৱাফম অমা — নবেনদি অমরনি। শিরোইদবা, শিবা নাইরোইদবা। অদুবু করিগুম্বা শিবা তারবদি টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল অনীনা ফাঁসিগী শগাই কাখিবা মফমদুদা শিগনি ঐ শোয়দনা। নাদুনা নবেনদি খক শিরোইকো। নঙ মসিমসু খঙজিল্লু। অতোন অতাংনি হায় ইবেননা নঙবু নুংশিদুনা তাক্লমবনি। অতৈদদি ঐ হায়দোক্তে। নঙসু মী অতোপ্পদা হায়দোক্কনু। নঙতমক খঙউ।

বোম স্কাদনা ময়োমদু ফাক্তুনা য়েংবা লোইরে। চিংনদুনা য়েংবনি বোম য়াওরমদ্রে। য়াওরমলিবদি করি করিনো? ফনেক কুমজিংবী অমা, খামেন চৎপা ইনফি, লমথাং খুল্লক, লিশোম ফুরিৎ, সনাখুজী পোপচাউবী জোরা অমা, নাদা য়ান্নবা চোমাই, কিয়াম লিকফাং, হৈয়ায় থানবী, ঙাঙ্গোয় পরেং, সন্দ্রেম্বী পরেং, খুদোপ পরৈ, পাম্বোমদা শিনবা তাল অসিনি। তোলেনবু চঙবা য়ারনি হায়দুনা কৌশিল্লি। পোৎচৈশিংদু মাবু য়োমশিনহল্লি।

য়াওরমলিবা পোৎশিংদু উবদা য়েংলিবা ময়াম অদুনা মিউজিয়মদা থমগদবা পোৎ ঙাক্লি। মিউজিয়মদা পীখিবনা কৈ, পীফম থোকই হায়নরকই। কনানা খঙনি মিউজিয়ম

তান্না লাকপদা য়ৌবা ঙমলমদনা বোমনা পান্দুনা শিবা ওইরম্বসু য়াই। ময়াম্না হায়নবা ৱানি।

থানা মকোক অদুনা "অশিবা হকচাং অসিনা মোর্গতা পুখ্রো। অদুগা তোলেন নঙনা নবেমপোক্কী নম্বোদা য়াওরম্বা পোৎচৈশিংসে অমুক য়োমশিল্লো। ফজনা য়োমশিল্লু অদুগা নঙগা ঐগা লোয়নদুনা চৎসি মিউজিয়মদা থম্মুনবা" হায়রকই। তোলেনসু মবেমপোকনা চেকশিন্না শেন্নৌ শিন্নরমদুই মতুং ইন্না শেন্নজে। থানাই বাবুনা তাকপীরকপা অদুগী মতুং ইন্না চৎননবা শেম শাজে।

অসুন্না তৌনরিঙে তানজা অদুদা মন্ত্রী অমগী গাড়ী লাকই। গাড়ী খামদুনা ময়াম কোয়শিল্লিদু করিনো হায় য়েংগদগী গাড়ীদে কুমথরকই। লৈরমলিবা মীয়াম তৌনরমলিবা পুন্নমক হংদুনা তমদুনা খঙলে। খঙলবা তুংদা মন্ত্রীনা মাগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরিদা তোলেনগী মখুৎতগী ময়োম অদু লৌরগা পুরো মিউজিয়মদা পীরুসি হায় পুখি। মন্ত্রীগী গাড়ী থৌখ্রে। তোলেন অমদি থানা ময়াম, পুল্লমলিবা মীয়াম লেপতুনা তিঙক তিঙক মন্ত্রীনা চৎখিবা মায়কৈরোমদা য়েং লৈহৌই।

তোলেন মখুৎমক্কা মবেমপোক্কী পোৎচৈশিংদো মিউজিয়মদা শিন্নজনীংবনি। অদুবু তোলেন মদু ফংখিদ্রে। অঙম্বদি অঙম্বনিদনা। তোলেন করি উপায় লৈরি?

থা ৪/৫ গী মতুংদনি। তোলেননা মবেমপোক্কী খ্বাইরম্বন্দা লৈবা শামু মখোঙগী থৌদোক্তু খংনীং নীংশিংলকখি। থিন্দনা মিউজিয়ম তান্না চৎলে। মবেমপোক্কী পোৎচৈশিংদু করম্না লৈরিবগে করম্বা মওংদা থম্মীরিবগে? নত্রগনা লৈত্রবরা হায়বদু য়েং বা চৎপনি। মিউজিয়ম মুনংদা কোয়চৎ চৎতুনা য়েংবদা পোৎচৈশিংদু লৈরমলে। মিংশেল উপু অমগী মনুংদা পোৎশকসিং অদুগী মমিং মথা ফজনা ইরগা থেৎ থেৎতুনা লৈরম্বা থেংনরে। মদু উবদা তোলেন হরাউই মোমোন নোকচৈ মবেমপোক্কা নীংজরম্বা থুংলে খন। অদুদৈ ঙহাক য়েংলম্লগা খংশুক শুকথখি, মমিৎ ঈরা চেনখি। "Donated by Honourable Minister" হায়না থারম্বদু উবদৈ।

তোলেননা পামজরম্বদি মন্ত্রীগী মহুৎতা মবেমপোক্কী মিং পামলম্বনি।

তো লেন। উপায় লৈতে। অঙম্বদি অঙম্বনিদনা।

*তাং ২১/৯/৯৬ ইং*

# ওক্কী কুমহৈ

ওক্কী কুমহৈগী ৱারী মতেক মচা অমা য়াওখ্রে ঐগী "তোকঙা চরোং" হায়বা লাইরিক মচা অদুদা।

নোংমা, কুইদ্রি ঐনা নুংশিজখ্রবা ছাত্রী অমনা হায়রে "ওঝা! ওঝাই তোকঙা চরোংদা য়াওরিবা 'ওক্কী কুমহৈ' হায়বা অদু পাবদা ঐ কয়াম নুংঙাই। ইতোমতসু পং নোক্তা নোকই। মীনা কৈদৌরে হংনৈ। ঐনা নোকপদুদা ঙাওরব্রা কা হায়নরিপোৎনি। য়াওরিবা ময়ামদুদৈ ওঝা! ওক্কী কুমহৈনা ইহেল হেল্লিবো। ওঝা ৱারীদো শাংদোকপা য়াররোইদ্রা? য়ারবদি খরা শাংহন্নীংইবো।"

নুমিৎ অদুদা নুপীমচাদুই ৱাদু তাবদা ওক্কী কুমহৈ শাংদোক্লা ইগে খনখি ৱারী মচা অমা ওইনা। মতম কয়া হৌখ্রে। নুমিৎতুদা খনখিবতনি। মদুগী মরমদা নোংমতবু নীংশিং লুদ্রে।

নোংমা পাখংমচা অমনা "ঐখোয়গীসি খরা থুরে। ৱারেং ওইরসু শৈরেংবু ওইরসু আর্টিকল অমত্তা ইবিয়ু।" হায়রে।

ঐনা ঐ হকচাং কয়া ঙমদে। ইবসু ঙমদ্রে খুৎ য়াদদুনা হায়না খুম্মী। হান্নগী অইবা লৈরবসু অমা হেক্তা পীবিয়ু হায়না পাখংশিং অদুনা হায়রে। অইবা আর্টিকল থিবদা থেং নৈ ঐগী খুৎই "ওক্কী কুমহৈ"। মদু থেংনবদৈ ঐগী ছাত্রীনা থব়াই য়াওনা হায়রম্বদু নীং শিংলকখি। অদৈ ইখিবনি।

চহী ৩০ রোমগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক্কী ৱারীনি। মতমদুদা ঐহাক এসিস্টেন্ট ডেভেলপমেন্ট কমিসনর (উইমেন্স প্রোগ্রাম) গী ফম পায়রি। মতম অদুগী ডেভেলপমেন্ট কমিসনরনা জে. কে. বরঠাকুর হায়বা অমনা ওইরি।

নোংমা বরঠাকুর সাহেবনা ঐবু কৌই। ঐ মায় কাদা চঙঙি। টেবল মনাক্তা লেপতুনা "স্যার করি তাকপীগদবা?" হায়না হংঙি।

মহাক্না ঐবু চৌকিদা ফম্মু হায়। ফম্মী। টেলিগ্রামগী চে অমা পুথোরক্তুনা ঐঙোন্দা পাও হায়দুনা পী।

পাদুনা য়েংবদা দিল্লীদৈ তৌরকপা টেলিগ্রামনি। জানুৱারী ২৬ কি স্বাধীনতা দিবস পালন য়েংবা চৎখিবা ট্রাইবেল টিমদুনা তৌরকপনি। মরোলনা দিল্লীগী চাক ইনশাং হৈনদে। চাদবনা য়াং কংলে। ডিমাপুরদা ওক থোংবা অমগা লফু ইরোনবা অমগা তৌরম্মু। চাক থোংবা লোইদুনা থনম্মু অসিনি। অদুগা মহোয়না ডিমাপুরদা থুংলগদবা মতম, তারিখ, নুমিৎসু খঙহল্লকই। টেলিগ্রাম অদুদা মরোল পূন্নমকসি য়াউই।

"নঙ পাবা লোইরব্রা?"

"লোইজরে স্যার।"

"লোইরবদি ঐ ৱা হায়গে মুন্না তাও নঙনা নুপী অঙাংগী থবক পুরি নত্রা? অদুনা নঙ হয়েংসে ডিমাপুর চৎপা তারে। চৎপা ঙমগনিকো?"

ঙমজনি স্যার হায়না খুম্মী। ঐ হরাওই। মরমদি ঐ লম চৎপসে ইশানা য়াম পামজে।

কমিসনর সাহেবনা হায় — "অদুদি অফিসকি গাড়ী লৈরিসিদৈ খ্বাইদৈ কন্দিসন ফবা ত্রেইলর য়ানবা য়াবা অমা খল্লো। ড্রাইভরগা পিয়ন অমগা পুগদবনি। মদুসু নঙনা অপাম্বা খল্লো। লমশাঙ চৎকদবনিনা হায়বা। হৌজিক কনা কনানো খর থারগা ওক অনীগা লফু খরগা লৈহল্লুরো। পোৎচৈশিংদু জিব ট্রেইলরদা হাপ্লগা পুগদবনি। লম থাপ্লি। হয়েং অয়ুক ঙন্না হৌগৎতুনা খোঙশানগদবনিকো। চৎলো চৎলো হয়েং চৎপৈ থৌরাং তৌরুরো। কেসিয়ারদৈ শেল খরা লৌরগা পুখোকো নত্রদি নঙ হয়েং আদা ৱারুনি।"

"ফনি স্যার।" হায়রম্মগা ঐ মাই কাদৈ থোরক্লে।

ড্রাইভর ময়াম কৌথোক্লে। পুগদবা গাড়ী খল্লে। ইবোপিশক ড্রাইভরনা মা ওইনা চৎচরগে হায়রে। মা পুবা তারে। ড্রাইভর অতৈনসু মাবু পুবদু য়ারে। হয়েং ঐখোয়না পুগদবা পিয়নসু থোংলুন খল্লে। থোংলুননা "তাইশকতি ঐসু য়াম পামপনিতা। ঐসু য়ারে।" নোক্কুনা হায়রকই।

ড্রাইভর অমসুং পিয়ন থোংলুন ওক্কা লফুগা লৈরুনবা থাখ্রে। মখোয় ফনা থেঙলফাও হল্লক্তে। মহোয় অনী হল্লক্তবদুদা ঐ নুংশা খরা থী। খল্লি করি তৌরবনো হায়দুনা। পুং ৫ তারমদাই অদুরাইদা অনীদু হল্লক্লে। নুংশা থীরম্বদু খর ফৈ।

থোংলুন গাড়ীদৈ কুমথরক্লগা হায় "ইচে ওক অমত্তা ইম্ফালদা ফংতে। ইম্ফালতা লৈপা কবুই খুল পূন্নমক চংতুনা হংপনে। লৈরমতপসু য়াওএ। লৈরগা য়োল্লোই হায়পসু য়াওএ। তাইশক ঐকা ইম্ফাল থুংনা চৎপিপনে। উচিন্ন কৈখুদা অমা ফংএ অদুকা ফায়েংতা অমকা ফংএ অনীদু লৈরগা পুরকপনিনে। ইচেনা শোয়পা য়াতে হায়পতুতা।"

ঐনা হায় ইবোপিশক্কা নঙগনা কৈখু অমসুং ফায়েং য়ৌবা য়ানবা ইম্ফালদা ফং হন্দ্রি ওইরিনি।"

থোংলুননা "নত্তেতা।" নোক্কুনা খুম্মী।

কৈখুদৈ পেন্দদুনা অমুক ফায়েং য়ৌরুরিনে। কৈখুদা পেল্লম্লবদি ফায়েং য়ৌরমদসু য়াইকো। নত্রগনা মহাও য়েংবা ওইনা নহাও য়েংবা ওইনা তানজা ফংলিঙৈ য়ৌহৌবা নত্রাও?

"ইচে নঙ কম খঙবনোকো। নঙদি নশা চৎপসু নত্তেতো।"

"চৎত্রসু নহোয়না তৌববু ঐনা খঙদে হায়ব্রাও? গ্লাস কয়া কয়াদি চিংলকই?"

"ইচেনা খঙলপনিনা হায়দোকপনা ফরে। গ্লাস মচা অমমমতনিতা। কৈখুদসু ফায়েংতসু। মফম অনীমক্তা। মহোয়সু থানানা ফাপা লাকই হায়দুনা ইশুং শুংদ্রে হায়।"

"লফুতি লৈরকত্রবরাও?"

"লফুতি লৈরকত্রে। তাইশক্লা ডিমাপুর লম্বীদা য়াম হৌই। থাঙ অমা পুসি লমশাং চৎকদৌরিনিনা হায়। লম্বীদগী য়াল্লসি হায়দুনা লৈরকত্রবনি।"

"ফরে ফরে হয়েং ঙস্তানা চৎনবা তৌসিকো। য়ুমদা হল্লো পোৎথারুরো।"

নোংঙানবৈ অয়ুক্তা ঙস্তানা খোঙশাল্লে ডিমাপুর তম। জিব অঙৌবনি ইউনিসেফনা পীরকপা। জিব অশাংবা জাৎ অদুনি। মনীংদা য়াল্লি ট্রেইলর ওকপী অনীদু হাপ। পুরিবা পিয়ন ট্রাইবেলনি। ফাগি য়াম হৈবনি। জিব গাড়ী অদুদা তোংদুনা চৎলিবসি ড্রাইভরনে, পিয়ন থোংলুননে, ঐনে ঐখোয় অহুম খক্তনি। কাংপোকপীদা

গাড়ী খাম্মী। ওহাক চা থক্লুনা পোৎথাই। অদুগা অমুক চৎলি। ঐদি লফু য়াওরক্তবা অদুদা লফু হৌবা চীংমায় খুদিং য়েং য়েংদুনা চৎলি। য়ানফম মতা ফবা অনকপদা হৌবা থীদুনা চৎলে। লফু হৈকোল অমা খর থাপলপ উই। হৈকোল লৈরিবা অদু অৱাংবা চীং নত্তে। ঐনা গাড়ী খাম্মু হায়দুনা ঐখোয়গী গাড়ীদু খাম্মী। ডাইভরগা থোংলুনগা কুমথখি। আদৈসি লফু য়াম ফজে। মসি য়াল্লসি হায়বদা থোংলুন্না ফৈনে হায়দুনা থাওজৌ য়াওরকপদু পুরদুনা থোংলুন মাঙ থানা চৎখি। অদুগা ইবোপিশকপুসু মাগী মতুং ইল্লকউ হায়রম্মী।

থোংলুন ফনা শাংনা চৎখ্রে। লফু হৌবা চীংমায়দি য়েৎওইননা থনমলে। ইবোপিশক খরা চৎলগা হল্লক্লে থোংলুন্দি কৌবসু তাদে লম্বী ওন্ননা পংচৎতা চৎলি। হল্লক্লো হায়না লাউরম্বনি মা তারমদ্রা তারম্মোইদ্রা খঙদে। ওহাক ফমদুনা ঙাইরে। থোং লুন লফু য়াল্লক্তনা হল্লক্লে। য়ৌরগা মানা করি হায়রে "ঐখোয়না চৎপা লম্বীতুকী ময়ায়মক্তদা খোং অমা লৈরম্মে। খোং অখুবা মপা থিপনি ঐনা মখা পাংনা চৎপতো চোংদুনা লাম্থোককে খন।"

ইবোপিশক্না "কদায়দৈ নঙনা চৎলিবা মায়কৈ অদোমদি লৈরোইএ অখুবদি অৱাং লোমদা লৈহৌরগা। ঐনা লাউবা নঙবু তাদবরাও?"

"কদায়দৈ তাকতগে নুংশিৎনা নুংশিৎ কল্লিবা। নুংশিৎকী উ উ মখোলতমক তায়। মীগী খোঞ্জেলদি তাতেবো।"

অসুম্না পুংখায়মুক খর হেন্না লম্বী ওন্নৈ হায়দুনা মতম মাঙহল্লে। থোংলুন হল্লক্লবদা ঐখোয় অহুম অমুক জিব কাখৎতুনা থৌদুনা লাক্লে। খরা চৎলগা থোংলুন্না হৌনা লাউরকই "তাইশক সিতা লফু য়ান্না হৌবা মফম অমা লৈরে। গাড়ী খাম্মো মসি য়ানখ্রসি।"

মানা লাউবা অদুদা ড্রাইভর গাড়ী খাম্মী। মখোয় অনী গাড়ীদৈ কুমথখি থাঙ পায়দুনা। চৎখি লফু য়ানবা। খর চৎলগা মখোয় অনী লফু য়ান্দনা হল্লক্লে। ঐনা করি তৌরে হায়না হংবদা খুন্নকই "থোংলুননা হায়ববু লৌবা য়াবা ৱা নত্তেদা। মফমদুদা চঙদুনা লফু য়াল্লুবদি হায়রন্নু। লেপফম লৈতে লৈরাই য়ান্না ঙম্মী চঙদুনা লফু য়ানবা য়ারোই। আ মখাদা হৌবগা মথক্তা য়েংবদা ফজবা জাৎনি। লফুশিংদো অচৌবা ঙাক্তনি।" ড্রাইভরনা খুমলকই।

থোংলুননা "ঐতিয়াম ফচনা উপতুতা হায়পনি। মথংততি শোয়তনা য়াল্লসি। ইপা ইপুই পাউরৌ অমা লৈপতাইনৈ অহুমলক য়েংপা হায়না। হন্তক্তি অহুমলক শুতৌরি। নত্রাও। অহুমলক শুপততি শোয়তনা য়াল্লনিতা।" ঐনা থোংলুন নঙসি মথোঙ কয়া

চাদেনে। গাড়ী থৌরো খেঙখ্রনি মতৎ মতৎ পনবদা। অদৈ ঐখোয়গী গাড়ী অমুক থৌদুনা লাক্লে।

ঐখোয়গী লমথুংফম তান্না গাড়ীদু থৌরি চেল্লি লেপ্পা লৈতা। তারকই গ্রোং গ্রাং গোদোক হায়বা মখোল অমা। হন্না য়েংঙি কৈসু উদে। ওকশিংদু করম তৌরিগে য়েংসি হায়দুনা গাড়ী খাম্মী। কোহিমাদৈ খরা চৎলগা ডিমাপুর য়ৌগদবু ব্রাৎলিঙৈ মরক্তা তুরেল লৈরায় য়াম ঙম্বা লম্বীসু খর খুরপ তৌবা মপা অদুব্রাইদনি। অরাপ্পদা তুরেলগী ঈশিংসু লুনা লিরি চেনবসু উই। গাড়ীদু খাম্লগা ঐখোয় কুমথৈ। য়েংঙি ওক অনীদুদা। গাড়ীনা অতোঙ অকুৎতা শুবা অদুগা লমশাং লাকপা অদুগা অনী অদু পাদুনা ওক অমদি পুল্লিবদু নাম্থোক্লমলে। ট্রেইলর মনাক্তা চঙশিল্লুবদা ওক অমা চোংথদুনা চেনখ্রে। ড্রাইভরগা থোংলুনগা ওক নাম্থোকখ্রে ওক চেনখ্রে থৎলো থৎলো হায়দুনা কোয়তান তান্নে।

মখোয় অনীনা তান্নবদা ওক অদু তুরেলদুগী তোর্ব্বানলোমদা চেনখ্রে। ড্রাইভরনা পায়দুনা লৈরল্লিবা শিংবৈ অদুদৈ শিংগাইবাক অচৌবা অমা ফৈনা লংখি। ওক অদু খুদুংগী মখোঙ নামদা পাল্লে মদুনা পান্দুনা খর চেল্লল্লগা মখাদা ওম্থখ্রে। করি উপায় তৌগনি? লৈরাই অদুসু ফকলাংগুম চপ ঙমই তোর্ব্বান্দা ফমদুনা ঐখোয় অহুম ব্রা তানরি। করম্না লৌখৎসিগে হায়দুনা। ওক অদো চেনবা ঙমদ্রে মখোঙ নামা তেক্লবনিনা। লোকখাদা ঈশিং ময়াদা কুন্দুনা লৈরি।

থোংলুননা হায়রকই “মানা চেনবা মফমতো চীংয়া ওইরম্মতি ফতবা। চীংয়াততি লাঈনা ফাবা ঙম্লমনি হায়পা। মসি তাইশক্কা ঐকা ঐখোয় অনী চঙলতি মনীংতা অমা মকোক্তা অমা পায়রতি থাংবা ঙমকনি। অতুতা লৈরায় অসি কাখৎপতি ঙন্নোই। য়াপসু য়ারোইনে।”

পুংখায়মুক ওইরগদ্রা ঐখোয়না ওক লৌখৎপৈ মরমদা নৈনবদো। থোংলুননা হায়রকই — “ইচে পুথি অমা লৈরে।”

“করি পুথি?”

তাইশক্লা ঐখোয় থৌরী অশাংবা অমা পুরকপতাই?”

“পুরকইনে করিগীনো?”

“অতু ওইরদি, য়েংঙো, আতৈসে উরবরা মসিতা কুমথরবা, খরতি লাপ্পিকো। লাপচসনু। কুইরোই মসিদা চৎপা। মসিকী লম্বীসিতা ঐ চৎলকে অতুকা তুরেল খোঙনুং ইনতুনা লাক্লগে ওকসিকি মনাক য়ৌনপা। থৌরী অতেনপতুনা ওক অমসি কম্না পুন্দুনা থল্লসি। থৌরি অশাংবতো অতু ওক মপা অসিদা থাথরকও। ঐনা চেৎনা মখোঙ মরীসি

পুনসিল্লমকে। অতুকা কোইনা লমপীসিতা অমুক সি য়ৌনা লাক্কে। অতুতৈদি ইচেকা, তাইশক্কা, ঐকা ঐখোয় অহুম চঙদুনা ওকসি লায়না চিংখৎপা ঙমনি।"

ইবোপিশকনা "ফেনে ইচে, থোংলুননা হায়বসি তৌদুনা য়েংঙসিনে।"

ঐসু ফরে হায়দুনা য়ারে। থোংলুন পুথি ফৈ হায়দুনা থাগৎলি। থোংলুন চৎখ্রে। ওক মনাক য়ৌখ্রে। ইবোপিশকনা থৌরি মচিন অমা থাদখ্রে। মচিন অমনা মানা পায়হৌরে। ওক অদো য়াম চেৎনা পুল্লম্লে। থোংলুন হল্লক্লে। ঐখোয় ইনাক য়ৌরক্লে। ঐখোয় অহুম চঙদুনা হো হায়য়ো লাউনা ৱানা চিংখৎলে। উচিন নাচিন্না ওক্তু মথক য়ৌরক্লে। ঐখোয় ওক্তু চিংখৎপদা ৱাবনা তপ তায়। ঙহাক পোৎথারবা তুংদা চৎলসি হায়নরে।

থোংলুননা 'ইচে ঙসিগী ওক চিংখৎপৈ কুমহৈ অসিতি শুমাঙ লীলাতৈ হেন্না নুংঙাই। য়েংবিনবা ভাপোক নৈতপৈ ৱাতনি। ইহে লফু য়ানপতি ঐখোয় কাউথোকলুরেতনা। ঐনা ঙসাই ওক চিংখৎপৈ চৎলুবা লমপীতো অতুতা লফু ফজ ফজরবা হাওতৌবা হৌহৌই। তাইশক লাকও য়াল্লুরসি।"

অসুন্না থোংলুনগা ইবোপিশক্কা চৎখ্রে। লফু ১০ মুক হেন্না য়ানদুন পুরকলে। লফু সুক য়াম্বসিদি কৈদৌননি। চাবসু ঙম্মোইদবদা। মখোয় অনীনা য়ুমদসু খর পুরগা লোইরে চীংগী লফুদি হাওবনি। মসি হায়দুনা ট্রেইলরদু থনকোক তৌনা লফুশিংদু হাপচিল্লে। ওক্কা নাকন অমদা লফুনা নাকন অমদা হাপ ঐখোয়গী জিব ডিমাপুর তম থৌরক্লে। ঐখোয় অহুন্না ওক চিংখৎপৈ দৃশ্য অদু নীংশিং নীংশিং থিৎ থিৎ নোকলি গাড়ী মনুংদা।

ডিমাপুর য়ৌরে। কবুই খুল মচা অমা লৈবদুদা চঙলে। মহোয়বু ওক্তু থোংহল্লে। লম্বীদৈ য়াল্লকপা লফুদু ইরোলহল্লে। ট্রাইবেল নুপী ময়ামদু চাকলুক লাকোই ফজনা থাদুনা পরেং শানা পীজরে। চাক ইনশাং য়েনবা ঐসু য়াওনা য়েল্লি। অওক ওক্তা হংদুনা মপুক থন্না পীজরে। চাবা লোইরবদা নুপী ময়ামদুনা হায় — ওজানি ঐখোয় নঙকা লোয়নতুনা চৎলম্লপতি ফকতবা। নোংমৈতি নঙকা চৎসিকো। নঙ পুনসীখোকো। ঈশ্বরনা নঙপু চানপিসনুকো

তাং ১৮/৯/৯৬ ইং

# লমলৈমনা লমথোকপা

লমলৈমা লমথোকপা হায়বসি লৈশাবী লাইগুরু অনীগী ৱারীনি। লমলৈমা অমসুং নোংথাংলৈমা অনী অসি চান্নরবা মরূপনি। লমলৈমানা নোংথাংলৈমদে থা ৮ হল্লি। মরম অদুনা নোংথাংলৈমনা লমলৈমাদা ইচেম্মা হায়না মিঙ্গৌই।

নোংমা মখোয় অনী অয়ুক পুং ১০ তাবে অদুবাইদা ময়ুম ময়ুমদে থোরক্তুনা মখোয় অনীগী উন্নফমদা উনরে। খ্বাইরম্বন্দ পাংনা মখোয় অনী রিক্সো অমা তোংদুনা লাকই। বাজার চঙদ্রিঙৈদা কুমথৈ। তোংলকপা রিক্সো অদু থাদোকখি। অদুগা য়াম্না চীং লেম্না কাইদা লোইরোই চঙখি মীরোল লোনবনা ফম্বা দোকান অমদা। দোকান মপু কোইজোম্বা অদুদা লমলৈমনা তপ্পা মোং হাদনা হায়জরুই "বাবু। য়ারদি টেলিফোন অমুক্তা পায়জগেবা।"

ময়াং কোইজোম্বা অদুসু নুপী অনী অদু উবদা ইপা পাখৎনা "ইবেম্মা য়াবনি য়ানি" হায়দুনা ফোন থাংদোক্তুনা পী। ফোন তৌহল্লি। অফিসার অমদা মহোয়না ফোন তৌবা মতমদা ঙাঙখিবা ৱা তাহৌবা মীওই অমনা তম্মী অসূম্ন ঃ

"হ্যালো। হ্যালো। পায়বিরিদুবু তামো অফিসার নত্রাও?"

"মাগ্নে। কনানো?"

"খোন খঙবিব্রবরাও? ঐ লমলৈমনে। তামোনা নহান তাকপীবদো ঐখোয় য়াজরে। নোংথাংলৈমসু য়ারে। হন্দক্কী নোংমাইজীং অসিদা চৎলসে। পূর্নিমাসু থোকএ। য়াম ফবা নুমিৎনে। মহাদেবনা শোয়দনা চানবিগনিয়ে। ঙাইখো তামো ব্রা অমতা হংগে তাক্কদরা?"

"কৈনো ইচলনা হংববু করি তাকতনি। খঙববু ওইরদি তাক্কনিনা কৈনো।"

"অদো শোয়দনা তাকথোক্কনি হায়না লাই শোনবিয়ো। ব্রাশকপীয়ো।"

"সত্য সত্যনা সাখী। য়াররা?"

"য়ারে য়ারে। হংঙগেকো।"

"হংঙো থীল্লবনিনে।"

"তামো শাউদি শাউনুকো।"

"কৈ শাউদোইবা।"

"তামো আউট পোস্টতা বিষ্ণুপুর, থৌবাল, উখ্রুল, মোরে, শুগনুনচিংবদা তাবীরমব্রাও?"

"তারম্মীবনে। অদুত নত্তে চীংগী আউট পোস্ট মখৈ ঐনা তারমদবু য়াওদেদা।"

"হৈরোক অমদি নিংথৌখোংদা সার্টিফিকেট অমমম থনমাল্লে। মীনা হায়নৈএ। ফৈনে অদুবো কৈদৌগে তামোহোয়গী শাগে চাউনবনে। ভোটকা লেপ্লদি তামো কাবা শোয়দে।"

"ফোন্দা ব্রাফমসি ঙাঙনবা ফজদ্রে। হয়েং নোংমাইজীং নুমিৎতা মোন্দুম মহাদেবগী চীংমায়দা ফম্লগা ঙাঙনরসে মদুদা চমথোক্লরসে করি হায়গে?"

"তামো শাউরমাল্লে। ফোন থমজরগে।"

ফোন থমখ্রে। ব্রারী শাবা তোকখ্রে।

নোংমা অমনা মচিন মনাও ব্রারী শাই। মখোয় অনী করি তৌসিগে হায়বদু তান্নে। মদুগী মমাঙদা মখোয় অনী দোকান ফম্বা কুইদ্রিবা নহা পাখং মচা অমৈদা ফোন তৌরুই।

নোংথাং — ইচেম্মা! ঐখোয় অনীনা ফোন তৌবা চঙইসি দোকান মশীং শুরেনে।

লম — শুবত নত্তেয়ে ৫/৬ রক শুবা মফমফাও য়াওরবনে।

নোংথাং — হৌজিক ইকোন কোনবদা ফোন তৌবা মফমদো নহাদো পাখংদো

পান দোকান ফম্বা কুইদ্রিজাৎনি। পুংখায়মুক ফোন তৌবদা কৈমতা হায়রক্ত্রিদো।

লম — করিগী হায়রুনি হায়গে। হায়রকপদি হায়রুনু পানা ক্বা মতম অমমম ঐখোয় অনীদা লাল্লকইদু উদ্রাও?

নোংথাং — অদুবুদি নহানিনা কলেজা তৌরিজাৎনি।

লম — মদুগুম্বা মফম থি থিদুনা চঙগদবনে অদুগা ফোন তৌদৌবা। খঙঙেদনা।

নোংথাং — ঙাইখো ইচেম্মা! হন্দক মরক ঐখোয়না ফোন তৌগে চঙলুবা দোকান খুদিংমক দারী কাখৎত্রিঙেদা হেক্তা ফোন য়াদে হায়রকইসিবু করিগীনো হায়নি?

লম — করি ওইনি, ইচিন ইনাওনা তৌরিবা কারবারসে খঙলক্তুনা তৌরিনিদনা।

নোংথাং — ইচেম্মা ঐনা ঙকলিদি মহোয় অয়াম্বা নুপী লৈতে হায়দুনা ঐখোয়দা নমথাক তৌরগা কোয়রমলিবা অদুনি। নুপা হায় জাৎসে মচিন থীথ্র জাৎনি। মহোয়বু থাজরু য়াপোৎ নত্তেনে।

লম — থাজরুবৈ বা নত্তেয়ে। তানজা য়েংলিবনে ইবেম্মা। চহীদি গাড়ীনা চিং লেদো। চুক শাবা হায়দুসু পামদেদো। হয়েংদৈদি ঐখোয় পোলিসি অমা তৌরসি।

নোংথাং — করি পোলিসি অমা লৈরিগে?

লম — খুল্লক্তা চঙলগা খঙনা চান্নবা ফোন লৈবা থিরসি। অদুগা সিনেমা হোলগী প্রোপাইতর, হোটেল অচৌবা ম্যানেজর খল্লগা ফোন তৌদুনা লাইবক চাং য়েং লসি। খোই থা থাদুনা চোপলসি। ঙা থুরগা থুরে থুদ্রগা থুদ্রে। অফিসারদি অমত্তা থুদ্রেদনা। লাইবরুনি কমদৌনি।

নোংথাং — ফরে ইচেম্মা। ইচেম্মনা হায়বদুদা অমুক চাং য়েংবা হায়দুনি।

অসুন্না বারেপ তানরগা ময়ুম মায়কৈ পাংলকখি। হন্নকপদা বারী শার শারদুনা চৎখি। বারীদি অসিনি মহোয় নুপা হায়বা জাৎ অসি অঙকপনি। পোস্টিং তাবা মফম খুদিংগী নুপী অমমম মচা অমা অনী থনম্মী। সুম তৌবসে থানানা খিৎ মহেল্লে। হায়রুরসু পাউ লৌননবা তৌরিনি। মদুদা শোইখিদুনা তৌরিনি হেক্তা মহায়বা। মহোয়গা য়েংনরুবদদি মহোয় অনিনা তৌরিসি কৈসু লৈতেসে। মসিনি মখোয় অনীনা বারী শাখিবসি। মহোয় অনী বারী শা শাদুনা লাকপনা য়ৌরদুনা ময়ুম ময়ুমদা হাইজিন্নগ্রে।

মহোয় অনী ময়ুম ময়ুমদৈ খোরক্লৈ কেনা কেনা। অফিস অমদি স্কুল কানবা মতমদঙাক। নুমিৎ খুদিংগী লেপতনা লমজাউদা চৎপা উবদা মরুপ মপাংশিনো হংঙি। মিৎতা য়েংলে য়েংলগা পাউখুম পী। পাখং লৈশাশিংনা হংলগা কলেজ কারিনি হায়।

পান দোকান ফম্বা ময়াং মচাশিংদনা মহোয় পুলিস অফিসারনি হায়। থানা য়ৌরগা ফি হোংদোক্তুনা এরোড্রোম চৎকদৌরিনি। এয়ার ফিলদা দ্যুটি তায় হায়জিল্লি। পানা মতপ মরী পীয়ু। অনীনা হৌজিক চাখিনবনি অনীমনা য়োমশিল্লু হোরেন আদা চানবা পুখিগে। থানানি হায়দুনা কিবোই খঙবোই ময়াং নুপা মচা অদুনা পানদু তনতপ তপদুনা থুনা পী। অদুগা মখুৎ লোন্নদুনা বাবুনি ঙসিদি পৈশা লৌজররোই থম্বীরম্মনু হায়জে। মদু তারগা লমলৈমনা হায়খি, "ইবুঙো মীঙোন্দদি পংপি পীথোক্কনুকো সুম্না। ঐখোয়দা পীজববুদি মাঙবা লৈরোইদা" হায়রম্মগা চৎখি।

নোংথাং — ইচেম্মা! ঙসিদি খুলামখাম ফৈকো!

লম — নোংমা নোংমৈ থোকঅবা হায়দুনি। (নোক্তুনা খুম্মি)

মহোয় অনী সিং এগু কো  মপাদা লেপতুনা লৈরি। থাউ হাপ্পা লাকপা মী য়েংলিবনি চাঞ্জ লৌদৌগী। অফিসার অমা জিব গাড়ী অমদা লাকই থাউ হাপ্পা। হেক উবদা ঃ

লম — হাইমা তামো কদোমদা? কুইনা উরুদ্রেদা।

অফি — ঐসু লেপ্পী অনিসি মানখ্রেদা হায়না য়েংলিবনিনে। আঃ চীং অরাপ্পদা পোস্টিং তারুদুনা স্বাইদা উদ্রিনে। হৌজিকপু ইবেম্মহোই কদায়দা লেঙবিদৌরিনো?

লম — ইউনিভর্সিটিদনে। বস ঙাইজরিবা।

অফি — লম্বী থোকলে। ঐ সুগনু য়ৌদৌরিনি। ঐ ড্রোপ তৌজরমগে।

নোং — ঐনা হায়দুনিনে। খুলাম খাম ফৈ মঙ্গল ওইনি হায়জবদো।

অফি — (গাড়ী মনুংদা) ইবেম্মা অনীবু ইউনিভর্সিটিদা কৈদৌবনো?

লম — তামোহোয়না থওইবিদ্রবা অদুদা মখা তমথবনা ফরে হায়দুনা পিঐচডি তৌজরিবা।

অফি — অদুনা ফৈনে। য়াম ফখ্রবা ৱানিনা অদুদি।

লম — তামোহোয়দদি ফবা। লাঈরবা ঐখোয়দদি ৱারিবা।

ইউনিভর্সিটি মপা য়ৌরবদা লমলৈমা অমদি নোংথাংলৈমা অনীদো জিব গাড়ীদৈ কুমহৌরে। মখোয় অনী কদোম পাংসিগে করি তৌসিগে খন্নরি।

গাড়ী মনুংদা গাড়ী থৌনা থৌনা অফিসারগী গাড়ী তোংলিবশিংদুই মরক্তে অমনা "স্যার হৌজিক্কী নুপী অনীদুবু ওঝা ওইরিব্রা? করি তৌরিগে? মহোয় অনী শুকথা হেক থানদে। অদুগা ইম্ফালগী মফম অয়াম্বদা য়াম তোয়না উইনে।" হায়না হং লকই।

অফি — কৈসু তৌদে। মহোয় অনীগী থবক্তি চৎলিদুনা লোইরে। ঐসু মহোয়

অনীগী লাংদা থুরুদুনা অরাপ অরাপ্পদা লৈবা লাই মশীং শুনা খুরুম্লবনিনে। শেলসু য়াম তিংখ্রপোৎনি। করিনোনে ঐ পুংকোক হেক কোকহৌবনিনে। চীং অরাপ্পা মফমদা পোস্টিং তাবদৈ উচিন নাচিন্না নাম্থোকহৌরিনে।

"অদুদি মহোয় অনীসি লাম্মে থানবী হায়দু ওইতারে।"

"মদুই মিংথোলদুমক চপচারবনি।"

শোমদা লমলৈমনা নোংথাংলৈমগা অনীদো ওটোরিক্সো অমা ফাদুনা তোং খৎখরে। সিনেমা হোলগী মপাদা খামহল্লে। ওটোরিক্সো ব্বালা অদুনা ভারা পীরো হায়বদা লমলৈমানা ঃ

লম — য়েংঙো ড্রাইভর বাবু হৌজিক পুং ১ তারেদনা। ঐখোয় সিনেমা য়েং গদৌরিনি। পুং ৪ তারমদাইদা সিনেমা সো শোয়দনা লোইগনি। মরমদি পুং ৪ তাবদমুক অমা হৌগদৌরিনিনা হায়বা। অদুনা নঙ পুং ৪ হেক তাবদা হোলসিদা য়ৌরকও। ঐখোয়বু য়ুমফাও খর থিনবিরম্মু। শোয়বা য়াদেকো। ভারা হোরেন পুন্না পীরগেকো। হান্না পীথোক্লবদি নঙ অমুক হল্লক্লরোই হায়বা।শোয়দনা লাকউকো।

অনীদো সি হায়রম্লগা হোল মনুংদা চঙথোকখরে। মশক উখিদরে। ড্রাইভরদু উপায় লৈত্রদুনা ঙহাক লেপ শংত্রিক য়েংলম্লগা গাড়ী মমায় ওন থৌ চৎখি।

দ্রেশ সার্কলদা চঙ লৈমা অনীদো হাইফেৎ য়েংলম্মী। সিনেমা হৌদৌবা কয়াম ব্বাৎলি ভাবোক কয়াম তিল্লে হায়বদু। অদৈ মহোয়, অনী ম্যানেজরগী কাদা চঙখ্রে। লমলৈমনা ম্যানেজরদা হংঙি ঃ

লম — তামো! ঐখোয়গী তামো প্রোদুসার য়ৌরকত্রিব্রা। হৌজিক হৌজিকমক তামোগী হোলদা উৎলিবা ফিলমসিগী প্রোদুসার অদো ঐগী ইবুংনে। লৈববুদি লৈমিন্নদে ঐদি ইমাগা লৈ। তামোনা লাকউ হায়রমদুনা লাকইনে।

ম্যানে — প্রোদুসার সাহেবতি নুংথিল নুমিদাংব্বাইরমদা শো লোইবা মতমদা লাক্কনি। হৌজিক্তি য়ৌরকখিরোই।

লম — লৈমিন্নদবদুদা পাউ ফাওনদদুনা তৌরিনি।

নোং — ইচেম্মা অদুদি কমদৌনি? হল্লদ্রা ঐখোয়বো?

ম্যানে — চুন্না উনবৈ ব্বারা? নত্রগা সিনেমা য়েংবৈরা?

লম — তামো! ইকাইজৈদা হায়দোক্কদবা। নোংমা য়েংজরগে।

নোং — তামো সে সিনিমা নহাল ফিল্ম রিলিজ তৌবা নুমিৎতা ঐখোয় তামোনা কার্দ থারকপা জাৎনি। অদুদা অনাবা অমা য়াওদুনা য়েংবা ঙমহৌদ্রবা। নোংমা হেক্তা লাকউ অদুগা য়েংলো হায়বা। অদুদা লাকচবনে।

ম্যান — লাক্লগা য়েংদনা হল্লি হায়ব্রাও? লাকউ চৎসি ঐগা লোয়ননা।

মহোয় অনীদো ম্যানেজরগা লোয়ননা চঙখ্রে হোল মনুংদা। ড্রেস সারকলদা ফমদুনা সিনেমা য়েংখ্রে। ম্যানেজরনা হায়রম্মী সিনেমা লোয়রগা মাগী কাদা চঙলকউ চা নুং থক্লবা হায়দুনা।

মহোয় সিনেমা লোয়রবা মতুংদা ম্যেনেজরগী কাদা চঙলে। চা থকলে অথুম অহাও ফজনা চারে। মহোয়না ফমলিবা কা অদু হোল মমাঙদা চৎথোক চৎশিন তৌরিবা মীশিং অমদি গাড়ীনচিংবা ময়েক শেংনা লোইমক উবা ফংঙি। নোংথাংলৈমানা লোন্না লমলৈমগী নাকোংদা হায়।

নোং — ইচেম্মা! ঙসাই ঐখোয়না থাদোকখিবা ওটোরিক্সো ৱালাদু ঙাইদুনা লৈরে। ঐখোয়বু ঙাইবা ওইরমনি।

লম — (অদুদি কমদৌনি? লোন্না হায়বনি।) ফোঙনা তামো য়াম নুংঙাইজরে। সিনেমাসু য়েংলে। অদুগা চাসু থকতোক্লে করি করি য়াম চারে। পীজনীং পীজমাল্লে হাওখ্রে। অদো চাথোক্লবনিনা অমুক য়ৌজখ্রগেনে।

হায়রম্লগা অনীদো থোকখ্রে। মনীংলোমদা মপান থোকপা শারদুনা চঙখ্রে। মখোয়না মনীংলোমদা থোকখ্রিবৈ মরমদি ঙশাই মহোয়না ভারা পীখিদবা ওটোরিক্সো ৱালা অদৈ নাম্থোকপা য়ানবনি। মপান থোকপা শারদুনা পুংখায়মুক খর হেন্না লৈথোক্লে।

ওটোরিক্সো থৌবা নুপা অদ ঙাইমখৈ ঙাইরগা থোরকমন্দ্রবা অদুদা হোল মনুংদা অমুক্তংদি চঙদুনা য়েংলুগে হায়দুনা হোলদা চঙখি। কনাসু লৈরমদ্রে। ওম্থোক্লা থীনা মীনমলমখ্রেদা। লাকচখ্রেদা। নুপীমচানবো। খঙঙোইদ্রদো। হায়রগা গাড়ীদু মমায় ওন থৌখি। গাড়ীদু চৎখ্রবা মতুংদা অনীদু থোরক্তুনা চৎখি।

নোংমনা হোটেল অমদা চঙই। রিসেপসনিস্টতা ম্যানেজর কদাইদা লৈ অমুক্তা উনজগে হায়। ম্যানেজরদি মহোয় অনী উবদৈ লোৎখ্রবনি। লৈতে হায়য়ুকো হায়রম্লগা।

লম — নোংথাংলৈমা নঙসু তারিবা নব্রাও? তামোগা ঐগা ফোন্দা ৱারী শান্নবদো। লৈরমগে লাকউ হায়রগা।

রি — হৌজিক্তা থোকখিবনি। সেক্রেটারিয়েটতা সেক্রেটারী সাহেবনা কৌবা ওইরমাল্লে।

ঙহাক ঙাইরসি হায়দুনা মহোয় অনী চাফম কা অমদা চঙখ্রে। ৱেতর কৌদুনা অহাও অহাওবা মমল য়াম্বা অচাপোৎ মপূক থন্না চাথোক্লে। বিয়ারর বিল পুদুনা চঙলকই। লুপা ১৫৭ তারম্মী। বিলদু উবদা নোংথাংলৈমনা কমদৌনিসিদি হায়না হংঙি লমলৈমাদা। লমলৈমানা মা থোকপা তৌগে হায়।

লম — হায় বোয়! বিলসি ঐনা পীরম্মী হায়দুনা ম্যানেজর সাহেবত হায়য়ুকো। সে।

বোয় — ম্যানেজরনা হংলগা কনানি হায়জৌগে?

লম — কদায় বিলদো ঐঙোনদা অমুক্তা পীরকখো। নহোয় ৱাদনবা ইরমগে।

বিলগী মনমদা এপ্রিল ফুল হায়না ইরল্লগা বোয়দুদা পীরম্মী। হেক পীরগা মহোয় অনীদু থুনা থোকখি। মশক উখিদে। ম্যানেজর অদু মহোয় চৎখ্রবা অদুদা লোৎপদৈ থোরক্লে " হরে হরে ঙকখ্রেদকো অনীসে" হায়রগা মকোক পায়দুনা লৈহৌই।

মহোয় লৈশাবী অনীসিনা পাঙথোক্লিবা থবক খরতনি ঐনা খুদম ওইনা পনজরিসি। খরা অসিদৈ মহোয়সি করম্বা মীতানো হায়বদো খ্বাই তরানা ভাব তাবিরম্লগনি। মথক্তসু পনজখ্রে অনীসি চীহ ৩৪/৩৫ গী লেঙ্গানি। ইনাক খুল্লসু খুন্দ্রসু তোনানবা অঙাংদি মহৈ মশিং তম্বদা খরা নাম্থোকল্লি। মাথাসু কয়া পাঙদা জাৎনি। মেত্রিক্তা ৪/৫ রক হন্না থারবা ফাওবা লাম্থোকপা ঙমদ্রবা মীতানি। শক্তা কা হেন্না ফজবসু থোক্তে। মহৈ মশিংদা লম য়ৌনসু হৈত্রে। চহীসু হাইফেৎ লৈশিল্লে। নুপীগী শীংথানবা য়াবা গুনসু চেন্দ্রে। নুপী মানবী মমান্নবী অতৈগুম নুপা অফবদসু ৱাইথুংবা পাম্মী। মদুসু ফংদ্রে। অদুদা লম থোক্লক্তুনা সেকেন্দ হেন্দ য়েংলকপনি থিরকপনি। ট্রাই ফনা য়াম্না তৌবনি মদুদসু সেকেন্দ হেন্দ ফাও ফংখিদে।

লমলৈমা অমদি নোংথাংলৈমা অনীগী মিং "লৈশাবী লাইগুরু লমথোকপী" হায়না খ্বাইনা খঙনৈ। কনাগুম্বনা হেলোই মচিন মনাও হায়নসু কৌনৈ। উরগা ও মঙ্গ লনি হায়না চৈন্নে থেংনদনবা।

অহল চহী ৫০ গী মথক্কী মীওই অনীখক্না ৱারী শার শারদুনা চৎলি লমজাওদা। অনীদুই মরক্তে অমনা হংঙি —

১ বা অহল — ইতাও লাক্লিবা অনীসিবু কনা কনানো? কনাই মচানো?

২ বা অহল — ইতাও! অনীসিবু ইতাও খঙদ্রিব্রাও? অমুক্তা উখিদ্রিবরাও?

১ বা অহল — উবুদি য়াম্না উবা। ঐনা মহোয় অনীবু উবসি সোড়ক লমজাওদা ঙাক উইনে। উমন্দুনা কনাই মচানো হংলিবসিনে। ইতাও খঙঙমদ্রা হায়দুনা।

২ বা অহল — অনিসিনিদনা ময়াম্না হায়নরিবা লৈশাবী লাইগুরু লমথোকপী হায়বদো। মহোয় অনীগী অতোপ্পা মমিং অমনা লমলৈমা হায়নসু খঙনৈ।

১ বা অহল — হরে হরে। অঙকপনিকো। থায়নদি লাই হরাওবদা লম থোকপা হায়না থোক্লরম্মী। হৌজিকসু থোক্লরি। মসি নত্তবা অমুক লৈশাবীশিংগী

মরক্তে ময়াম অমা লম থোরুস্রক্লবকো। ইতাও খণ্ডদ্রেদা তৌরিসে। যুগসে যুকতা অমা তৌরেনে।

২ বা অহল — ইতাও নুপীনা সি য়ৌরসিনদি নুপাদি কমদৌরমনি? হীরম খুদিং দা নুপীদৈদি নুপানা শরুক ১০ হেল্লিনিদো।

তাং ১৯/৯/৯৬ ইং

# ইপল তোল্লপিশক্কী পেন্সন লীলা

ইপল তোল্লপিশক চহী ৭৩ শুরে। থবক্তগী পোৎথাবা চহী ১৫ হায়রক্নে। অদুবু পেন্সনগী তলবতি ফংবা কুইদ্রি। পেন্সনগী লীলাদুনি লীজগদৌরিসি।

ইপল অহানবদা হায় স্কুল অমদা চহী ৯ থা ৬ ওঝা অমা ওইনা থবক তৌরম্মী। ইউ পি এস সিনা মহাকপু কমিস্নর ওইনবা খল্লকই। চহী ২৭ চুপ্পা মহাক কমিসনর ওইরম্মী। ইপল তোল্লপিশক তুররিংবা মীওইনি। মশাগী থোইনা খন্দবা মীতানি। পেন্সনগী বা মহাক থোইনা খল্লুদে। হেক্তা ফংজগনি খল্লম্মী। মানা স্কুলদা ওঝা ওইরিঙৈগী সার্ভিস বুক মাঙখ্রে। থিবা ফংদ্রে। মদুনা মরম ওইদুনা ইপল পেন্সন লৌবা য়াদ্রে। সার্ভিস বুক শেমগৎপীয়ু হায়না মরী লৈনবা অফিসকী মীওইশিংদা হায়জরুই। তৌজগেদি হায়বিরকই। অদুবু কনা অমতনা থৌওইনা তৌবীদ্রে। হেক হায়রুবা মতমদ মচিন মখৈদি স্যারগী থবকপু ঐখোয়না তৌদনা কনানা তৌগদগে। ঐ শোয়দনা তৌজরক্নে হায়রম্বা মী পূম্নমক অনীরক হন্না মশক উখিদে। অসূম্না চহী ১০ রোম হৌজিনখ্রবা ফাওবা ইপলগী সার্ভিস বুক শেমগৎত্রি।

কমিসনর ওইরিঙে মতমদদি মীগী মী ঙাক্তা ঙাইরম্মী। ইনশাং নাপী, ঙা কৈথেলদৈ লৈরমদে। মীনা কৎলবা ময়ামদুনা লেম পানা ওকলম্মী। চাবা ঙমদদুনা লৈকাইগী মীদফাও য়েংহ্নোক্তুনা পীরম্মী। মী, ঙা চাক, ইনশাং নাপী মরাঙ য়াম কায়রম্মী। মতম অদুদা ফম হাপ্পদা, হোংদোক হোংজিন তৌবদা পৈশা পীজনরমদে। পৈশাই মহুৎ পোৎওইনা পীনরম্মী। ইপল তোল্লপীশক্কী পোৎ খুৎচাগা খ্বাইগী খুৎচাগদি খর খেন্নে। খ্বাইনা ফম হাপ্পা হাপতবা পংলৌদা লৌশিল্লী। ইপলগীদি মদু নত্তে। ফম হাপখ্রবা মতুংদা তৌবিমল উৎলকপা মখৈনি ইপলনা চাজরিবা লৌজরিবা। মতম অমদা মীনা চীক্লা চায়নবা ঙমলমদ্রবা ইমুং হৌজিক্তি হয়িং ফাওবা পাইরখিদ্রে। ইংখোল অদো উন ব্রাইমুক চীকখ্রে। মাঙ্গোলদা ফমফক্তা ফমদুনা খুকউ পুন ব্রাখল তৌরি। মাগী হৌখ্র পুল্সী ইতিহাস নীংশিং নীংশিং।

নোংমা অসুম্না ফল্লিঙেদা নুপা অমা লাকই। নুপাদুনা ইপল তোল্লপিশক্তা স্যার হায়না কৌই। য়েংথোকখিবদা উরুদুনা ঃ

ইপ — ইবুংঙো ইবুংঙোবু ঐনা কমিসনর ওইরিঙৈদা ফম হাপখিবা ইবুংঙো থানিল নত্রনে?

থা — মানি স্যার। স্যারবু অমুক্তং উনজগে হায়দুনা।

ইপ — ইবুংঙো নঙ মঙাইরে ঐবু নীংশিংবিরকইসি। কাখৎলকউ মথক্তা ফম্মো। ইচিন ইনাউ ঙহাক্তা ব্রারী শাখিসি হায়বু মতম য়ারিব্রা?

থা — স্যার উনজরুগে হায়দুনা ঙসি নোংমা পুরা কাইথোকচরকঅবনি। মতম শাং না চহী ৭/৮ গী বাকী শিকি লাকখৎতুনা ব্রারী শারগে লাকচরিবনি। স্যারনা ঐবু মী অমা ওইনবা শেম্বীরকপনি। ঐ কাউজদে। পেন্সন ফংলবা তুংসিদদি মী অমতা স্যারগীসিদা মোংলররিরোইনে।

ইপ — তাইবং হৌনশানিনে। ইয়াম্বা কন্নাদসু ব্রারৌদে।

থা — ঐদি নহাল মখৈ মণিপুরগী মপান্দা পোস্টিং তারুদুনা তৌবনি। অদুনা স্যারনা থবক্তগী পোৎথাখ্রবা মতুংদা নোংমতা হংবা ঙম্লদ্রিসিনি।

ইপ — ঙসি লেঙঙইসিনা মপেল্লে ইয়াম্বা। ইবুংঙো লৈবাক্তা ফক থাদুনা ফম্বদু খোঙগ্রাও শেৎপনিনা কয়া নুংঙাইরম্মোইনে।

থা — এ য়াম নুংঙাইজে।

ইপ — ইবুংঙো সাহেব সুম তৌবা জাৎনি। ঐনা থবক তৌরকপা চহী ৩৫/৩৬ অসি চৌকিদা ফম টেবলদা থবক শু, চৎলে জীব, কারনা ঙাক চৎলিদো। থবক তৌরিঙৈ মতমদা থবক্কী খুদোংচানবা অদুম শেৎ চারকই। থবক্তে

পোৎথারবা মতম অসিদদি ইপানাৎ ইপুনাৎ পূমথা থাদোকপদি চুমদে হায়দুনা ইয়াম্বা চৌকী টেবলগী মহুৎতা ফক অরোনবা থাদুনা ফমলিসিনি। ইবুংঙো ফম্নবসু ফক থারিসিনি।

থা — য়াম্না ফবা ৱানি। অদো স্যারগী পেন্সনবু কয়ামুক ফংবগে?

ইপ — করিনো ইবুংঙো পেন্সনগী ৱাদি থাপখ্রেদা। থবক্তে পোৎথাবদনি পেন্সনগী তলবতি ফংদ্রিনে ইয়াম্বা।

থা — করিনো স্যার হায়বিরিসিবো?

ইপল তোল্লপিশক্লা থোকখিবা থৌদোক পূম্নমক মথংশিংনা লী থানিলদা। থানিলনা ইপলগী ৱারীদু তারগা, ইপল তোল্লপিশক্লী থবক চঙবা তারিক চহী ওঝাদে কমিসনর কাখিবা, পেন্সন ফংবা চহী থা তারিক শুনা ইদুনা পুখি। থানিলনা মী নেক্তুনা সার্ভিস বুক শেমগৎহল্লি। অহানবা নেকপা নুপাদু সার্ভিস বুক্তু শেম্বা হৌগৎলম্নগা শিদোকখ্রে। মথংদা অমুক অতোপ্পা মী অমা নেকলে মদুমসু লোইরমদা থবক্তগী পোৎথাখ্রে। ইকোন কোনবদা অফিসারনি এ জি অফিসতা থবক তৌবা মীনি হায়বগুমসু তৌই। মহাক্লা সার্ভিস বুক অদু শেমগৎপা লোইশিনবিখি। সার্ভিস বুক অসি শেমগৎপদা চহী ২ রোম চঙথোকখ্রে। কুইমনবদুদা থানিল ইকাই ইকাই লাক সার্ভিস বুক অদো ইপল তোল্লপিশক্তা শিন্নখি।

শেমগৎপদা চহী ১২ রোম হেন্না চঙখ্রবা সার্ভিস বুক ফংবদা ইপল কয়াম নুংঙাই। হায়ফম খঙখিদে। ইপলনা হেন্না হরাওরিদি শেল তিংখিদবা অদুনি। ইপলনা সার্ভিস বুক অদু পুদুনা ইডুকেশন পুরিবা সেক্রেটারীগী মফমদা চৎলি। হায়জরুই মসিমতা এ জি দা খর থাবীয়ু হায়না। সেক্রেটারীনা থারবদি গোর্ভনমেন্টনা থারকপনি হায়না এ জি না ইকাই খুম্নবিরক্কনি। থুনা তৌবিরক্কনি। মসিনি ইপল তোল্লপিশক্লী আশা।

আশা চাউনা লাকচবনি তোল্লপিশক হরাও হরাও। অদুবু মদুগী ওন্না তৈনবদা সেক্রেটারী সাহেবনা য়াম্না লায়না "স্যারগী সার্ভিস বুক অসি জেরোক্স অমুক্তং লৌথোকপীরকউ। মাঙখি তাখিবা থোক্রবদি ৱাননী। জেরোক্স কপি লৌথোক্রবা তুংদা ঐ শোয়দনা এ জি দা থাজখিগে।" অসি হায়রদুনা সেক্রেটারীনা সার্ভিস বুক অদো তোল্লপিশক্তা হন্দোরকখি।

সেক্রেটারীগীদা চৎলুবদু নুমিৎ ৭/৮ হায়জিল্লক্লে। তোল্লপিশক অমুক হন্না সেক্রেটারীগী মফমদা চৎকে খন্দ্রে। মতম অমদা অফ ফত্ত, অৱাৎ অপা খন্নদুনা পীনদুনা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা থবক তৌমিন্নরকপা অফিসার অমনি সেক্রেটারী অদু।

ইপল তোল্লপিশক্ক ফম খরা চাউনা অদুগা সেক্রেটারী ওইরিবা নুপা অদুনা অফিসারদি ওইরগা খর পীকপা অফিসারনি। অফিসার মচাদু ওইরিঙৈদদি য়াম্না ফরম্বনি শেনজা থুমজা তৌজদবা অচুম্বা চৎপা মীওই ওইনা হৌরকখিবনি। শাথীনা হোংলম্বদুদা ইপল ঙকখি মীওইবৈ হোংখিবা লমচৎ। খল্লি ৱাফমদু তোল্লপিশক ইনশাং মখোঙ পেংনা পেংনা।

মোধুসুদন তোল্লপিশক্কী মচম্না পোকপনি। নোংমা ইপলগীদা লাকই।

মো — মামহন কৈদৌরিগে? ইনশাং মখোঙ শোমলিবরাও?

ইপ — হায় মোধুসুদন কদোমদৈ?

মো — পাউ অমা তাবা অদা লাকইবা।

ইপ — করি পাউ?

মো — নহাল নোংমা চয়োলমুক্কী মমাঙদা মামহন সেক্রেটারীগীদ চৎলুবরাও?

ইপ — চৎলুইনে। করি তৌরবগে?

মো — সেক্রেটারীনা মামহনবু ব্যবহার তৌবিরক্তমাল্লে। মায় মচেৎ অমফাও ঙাকপীখিদে হায়না তাবা মদুই নুংঙাইতদুনা লাকইনিনে। মদুগী ৱারীদু মামহন চিৎথদনা অমুক্তা নম্মাক্তা লীবীয়ু।

ৱারী পুন্নমক্তু অমত্তা চিৎথদনা তোল্লপিশক্কা মধুসুদনদা লীরে। মধুসুদননা সার্ভিস বুক অদু পুখ্রে মহোয়গী ডাইরেক্তরবু থাহনগে হায়দুনা। হৌজিক উচিন নাচিন্না এ জি গী অফিস য়ৌখ্রে।

এ জি গী অফিসনা অমুক করম তৌরি? একাওন্ট অফিসার (পেন্সন) অদুগা মাগী ডিল্লিং এসিস্টেন্ট অদুগা অনী অসিনা ওৎপসি ওৎপসি থা ১১ পুরানি। হোরেল, হয়েং, চয়োল, থা অমা লৈরগা লাকউ অসিনচিংবা। মমৈথংদদি তোল্লপিশক মশা চৎতুনা এ জি সাহেব হাকথেংননা উনগে লেপলে। মী থাদুনা হংহনবা তোক্লে।

তোল্লপিশক মশা চৎতুনা এ জি হাকথেংননা উনরে। এ জি দা ৱারম পুন্নমক লীরে। মাগী ৱারীদু তারগা এ জি না, এ ও (পি) কৌখ্রে। মরী লৈনবা চে চাং পুন্নমকসু পুরকউ হায়খি।

একাউন্ট অফিসার অদুনা মাগী তুংদা লেপলিবা কেরানী অদুদগী ফাইল অদু লৌরগা এ জি গী মমাঙদা ফাক্তোক্লগা হায় "মসি কুইসু কুইরে লোইশিনজরগে তৌবনি। অদুদা অফিসার অসিনা হান্না হায়স্কুলগী ওঝা ওইরম্বদু রিজাইন তৌদুনা তোক্লগা কমিস্নর ওইবরা নত্রগা প্রোমোসনলা হায়বদুগী অশেংবা অমা খণ্ডজদদুনা তৌবনি। হায়স্কুলদগী রিলিজ তৌবগী ওর্দর কপি অমা

দরকার ওইবনি মদুনা লোইশিনবা য়াদদুনা লৈবনি স্যার।"

এ জি না "মদুগী মরমদা খঙননবা মরী লৈনবা অথোরিতিদদি চে ইথ্রবরা?"

এ ও অদুনা "ইজদ্রি স্যার।"

ইপল তোল্লপিশক্লা "মতাং অসিদনি ঐনা সাহেব উনবা লাকচরিসি। হৌজিক্তি অশেংবা অমা খঙজরে। ইবুংঙো কেরানী বাবু অসিনা মসিগী ব্রাফমসি সুপহায় হায়বিদনা হোরেল হয়েং তৌদুনা লৈরকলিবা থা ১১ পুরা ফারবনি।"

এ জি না "হৌজিকমক সেক্রেটারিদা সার্ভিস ব্রেক লৈ লৈতে হায়বদু থুনা খঙহল্লকউ হায়না ইখো। অদুগা পেন্সনর অসিদা ইরিদুগী কপি অমা পীখো।"

তোল্লপিশক কপি অদু পায়দুনা থোরকই এ জি অফিসতৈ। থোরকপদা এ ও (পি) অদুনা চৈহৌই অহন থংদা। অহন থংদা তুরোই ঙাল্লোই কৈদৌ লাকইনো ঐখোয় গোভর্নমেন্ট মশেন ইনগদৌবো। কোরানীদুনা মমিৎ খানা য়েং লেপ লৈহৌই। তোল্লপিশক ময়ুমলোমদা অদুম লাক্লে হল্লক্লে। হল্লকপদা খন্না খন্না লাকই — মহোয়না নহালমখৈ শান্নরমলিবা লীলা অসি শেল চানীংদুনা তৌবা তায়। পেন্সন ফংলগা ফং ফং দ্রগা ফংদা পৈশাতদি পীজরম্নরোই। মসি ইপল তোল্লপিশক্কী অচেৎপা ব্রাশকনি।

ইপল তোল্লপিশক লেপখ্রবনি সেক্রেটারীগী মফমদা অমুক হন্না চঙঙরোই হায়জররোই হায়না। অদুবু অরোইবা চেদি মানা ইবা তারি। করি উপায়দি লৈরি? এ জি অফিসতগী ইখিবা চেদু থা অমরোমদি খরা হেল্লম্বা য়ারে। ঙসি ফাওবা মদুগী মরমদা করি অমতা তাবা লৈত্রি। চেদু য়েংলমগনি উরমগনি হায়বা তোল্লপিশক্লা থাজবা ঙমদে। অচুম্বমকনি চেদু কনামতনা পায়খৎতে। তোল্লপিশক্লা মথন্নতা খল্লি মহাক পেন্সন হায়বদু ফংদনা শিখিবা তারবরা হায়না।

পাথৌগা তোল্লপিশক্কা লুনা তিন্নৈ হায়গদ্রা করি হায়গদগে খঙদে উনরগসু থবক লৈত্রবদি কৌনদবা। উন্নরগা ব্রারী হৌব্রবদি নোং খোংদ্রিখৈ থাদে হায়বদুনি। অমগী মতেঙসু অমনা পাঙ্ই, অমৈ মতেঙসু অমনা পাংই। চেক্ত চেকশিল্লক্রদি মখোয় অনী ব্রা তান্নৈ অমৈসু অমৈসু। মসিনি মখোয় অনীগী খুৎতিন্না।

ইপল তোল্লপিশক্কী মরূপ অসি চহী ফনা খেন্নবা জাৎনি। ইপলনা পোকফাও য়ানা খেন্নৈ। কৌবসু ইপলদা খুড়া ইবুংঙো হায়না কৌবনি। মমিংনা পাথৌ কৌই। তোল্লপিশক্লা পাথৌবু লাক্তবা য়াদে হায়দুনা কৌই। কৌবদুদা পাথৌ লাকই।

পাথৌ — তাইবুংঙো। ঐ তোয়না লাক্তে হায় ব্রারৌনুকো। থবক চিনমনখ্রদুনা তৌবনি। থবক চিল্লিসে অতৈদা নক্তে মন্ত্রীগী কৌথোক কৌশিন্দনি। অতৈদি লায়রি তাইবুংঙোগী পেন্সনবু কয়াম ফংবগে?

তোম্ল — অদুই মতাংদনিনে ইবুংঙোবু ঐনা কৌজরিসে। ইবুংঙোহোয়দি কৌদ্রিমখৈদি লাকপী লাকপীপোৎ নত্তেনে।

পাথৌ — কদায়দে অদুম্না খনবিনু।

তোম্ল — ইবুংঙো। ঐ থবক্তে পোৎথারে অদুগা পেন্সনদি ফংদ্রিনে।

পাথৌ — করি ৰানোনে তাইবুংঙো। তাইবুংঙোনা তাকপীরিসিবো।

তোম্লপিশক্লা ৰারী পুন্নমক লীরে। এ জি না ইবা চেদু পুথোক্তুনা য়েংহল্লে। থা অমা মখায়রোম ফারে মুনি মানি হায়বা পাউ অমতা তাদ্রে হায়না তমলে। পাথৌনা এ জি দা ইরকপা চেদু পীরো পুখ্রগে হায়দুনা তৌনরিঙৈদা মধুসুদোন লাকই। মধুসুদোন উবদা পাথৌনা চে অদু কপি ৪/৫ জেরোক্স লৌথোরকউ ওরিজিনেল অদুনা তাইবুংঙোদা পীশিল্লো অদুগা জেরোক্স কপি মখৈনা মঙোন্দা পীরো হায়রে। মধুসুদোন পুংখায়মুক্কী মতুংদা জেরোক্স লোইদুনা পুরকলে। সিবু লৈরদি মধুসুদোন ইচিন ইনাও চঙদুনা হোৎনরুরগে হায় চৎখ্রে।

সেক্রেটারীগী অফিসতা এ জি গী চেদু য়ৌরক্তে হায়রে। কপি অমা পীরে খরা থুনা লোইশিন্নবা তৌবিরকউ হায়রম্মী। নোংম নীনী লৈরগা পাথৌনা চেদু কদায় য়ৌখ্রবগে হায়দুনা চৎলুবদা দিল্লীং এসিসটেন্ট অদুনা চেদু মাঙখ্রে থমফম খঙদ্রে হায়রে। অহুমলক শুবা ওইনা কপি অমগা পীরে। চয়োলমুক লৈরগা পাথৌগা মধুসুদোনগা সেক্রেটারীদা চত্তুনা হংলুবদা সেক্রেটারীনা য়ানবা ইখ্রবনি ফাইল পীথোকখ্রবনি হায়রকই।

অমুক এ জি গী অফিসতা হংবদা থারক্তে হায়রে। ৰাফমদু তাবদা মধুসুদোননা পাথৌদা স্যার য়াওবিরনু মখা তাবদি মহাক মতোমতা হোৎনজরগে হায়রে। পাথৌ থাদোক্লমলে মধুসুদোন মমান্নবা মশা মউ ফবা নহা অমা নেক্তুনা সেক্রেটারিয়েটতা চৎলে। কেরানী অদুদা চেদু থাখ্রবা থাদ্রিবরা হায়বদু অশেংবা অমা খঙগে লাকপনি হায়রে। কেরানী অদুনা থাখ্রে হায়না অদুম খুম্মী। মধুসুদোন্না অদুদি থাখিবগী রেজিস্টার য়েংগে হায়বদা য়ারোই সেঃ সাহেবনা অফিসকী মী নত্তবদা ফাইল, রেজিস্টার য়েং হনগনু হায়বা মদু তাবদা মধুসুদোন অমদি মাই মরূপকনা খঙগনিদনা হায়না ধমকা তৌরম্মগা চৎখি।

মধুসুদোন অমদি মাগী মরূপ শাফবা অনীদুবু কিবদৈগী ওইবা তায় মথংগী নুমিৎতা চেদু থাদোরকই। থাদোরকফম থোকপদি নুমিৎ ২২ নিগী মমাঙদনি। মখোয়না চেদু করিগুম্বা মমল পীরগা লৈবা লাক্কদরা য়োনগে হায়দুনা ফাইলদা হাপচিন্দুনা থম্বা ওইরম্বা তায়।

থোরক্লে চেদু য়ৌরে এ জি অফিস। হান্নগী চে লৈরম্বা এ ও (পী) অমসুং ডিল্লিং এসিসটেন্ট অনীমক ট্রান্সফর চৎখ্রে। অনৌবা ঙাক্তা শিন্দুনা লৈরমলে। অনৌবা এ ও দু ইপল তোল্লপিশকপু মুন্না খঙবা মী ওইরমদুনা পেন্সনগী চেদু থুনা হোৎপীদুনা লোইরগা থাদোকপীরক্লে।

ইপল তোল্লপিশক্কী এ জি গী অথোরিতি স্লিপ ফংলে। ট্রেজুরীসু ফংলে। ট্রেজুরীদু মথুম মরাঙ হৌই। এরিয়ার ফনা য়াম ফংদৌরি। মহোয় খর লৌহৌবা য়ারনি শেনফমা লৈরে অসিনি। ট্রেজুরীদা ফনা কুইনা অমুক লৈ। বিল ক্লাকনা হোৎলু য়াদে, একাউন্টেন্টনা য়েংঙু য়াদ্রে, একাউন্ট অফিসার অমদি ট্রেজুরী অফিসারনা সহী তৌ হায়বা য়াদ্রে। অসিনচিংবা।

ৱা ময়ামসি তারগা তোল্লপিশক্লা খনখি করি তৌসিগে হায়না। মতম খরৈ মমাঙদা মানা তাখি ট্রেজুরীদা লাই ইমো হায়বা কেরানী অমা লৈ। কেরানী বাবুসি শেল চাবদা লাম্বা লৈতে। থোকমোকসু হে। থবকসু হে। ওইদবসু ঙাঙই। লাই মানা তোল্লপিশক্তে শেল চাবা ঙমব্রা হায়সি তানজা ফংলদি ইপল অমুক্তং চাং য়েংনীংখিবনি। মতাং অসিদা চাংদু য়েংলগে খন নোংমা লাইমোবু কৌই। লাইমোগী ময়ুম ইপলগীদৈ পংলাপ লাপ্তে পংনকসু নক্তে। লাইমো কৌবদুদা লাকই। করিগীনো হংলৈ। ইপল তোল্লপিশক্লা মঙোন্দা পেন্সন লৌনবা শিন্নখি। মাসু হরাও হরাও য়াখি।

মতম কুইনা সহী তৌবিয়ু য়াদে হায় লৈরক্লবা এরিয়ার পেন্সনদু মথংগী নুমিৎতা কায়দুনা ইপলদা পীরৈ। লাইমোসি তৌবদি ঙম্বা মী ওইরে হায়না খনখি। লাইমোনা শেল থিনবা লাকপদা মতুংদসু মাবু লৌরকউ হায়ব্রা হায়না হংঙি। তোল্লপিশক্লসু লাইমোগী তৌবা ঙম্বদু মপুং ফানা খঙনীংদুনা লৌবিরকউ হায়খি। অসুন্না থা ৫/৬ লাইমোনা ইপল তোল্লপিশক্কী পেন্সন কায়র কায়রগা ময়ুমদা হেক হেক থিনবিরকই। থা ৭ শুরকপদা ইপলগী এরিয়ার খরসু ফংখি। মদুসু লাইমোনা কায়দুনা থিনবিরকখি। শেল মশীং অমত্তা ৱাৎতনা পীরম্মী। চা নুং থক্লবা পৈশা খর পুখো হায়বদা য়াখিদে।

মথংগী থাদা পেন্সনগী বিল সহী অনী তৌরবা অদু মাঙখ্রে হায়দুনা অমমুক লৌখি। অদুগা লাইমোনা হায়রম্মী হন্দকমুক্তি বিল খর থেংলবনিনা তলবসু খর থিন্না ফংবা তারে। ৱাফমদু তাবদৈ অমদি বিলগী চেনা মাঙখ্রে হায়বা ৱাফম অনীসিদৈ ইপল তোল্লপিশক লাইমোবু চিংনখি। মাগী ময়ান্না হায়নবিদু তৌদৌরিমাল্লে হায়না।

তারিখ শুরফাও লাইমো লাকখিদ্রে। মথং থাগী ২০ হায়জিল্লক্লে। অদুফাও মা মশক উবা ফংখিদ্রে। মধুসুদোন থাদুনা কৌহল্লুই। মধুসুদোনদা মরম পুন্নমক তল্লে। "মামহনবু কৈসু লৈতবা লাইমো কেরানী মচা অমনা পংলাক

লাকচবা য়াব্রা? মামহন ঐ লৈরি?" হায়রম্নগা মধুসুদোন ফিংনা থোকখি।

লাইমো মানা মশক খঙবা মী ওইরদি উবদা হেক্তা লোৎখি। হংলগা মাগা থংননা ফম্বা কেরানীনা হৌজিক্তা লৈরম্বনি মপান থোক্লম্বা য়াই হায়না খুমলকই। হন্দক্তি লাইমোগী কুমহৈ নুংঙাইদৌরি হায়রগা ময়াম ৱা ৱা নোকই। মধুসুদোন ঙাইদুনা লৈ। লাইমো হনজিল্লক্তে। মধুসুদোন ময়ামদুই মমাঙদা ইকাইবা অমসু য়াওরে। মাবুতদি ফং নবা থিরগে হায়দুনা লুমদুনা মাবু শঙদুনা লৈরে। তানজা অমা য়েংলগা লাইমো চঙলকই। মাগী ফমফমদা ফমদুন থবক শুবা হেক হৌবগা মধুসুদোননা চঙশিন্দুনা ফারে। নুমিৎ অদুমদি মা চেনবা য়াদ্রে।

মধু — নঙনা তৌরিসি করিনো?

লাই — ঐ অনাবা অমা য়াওদুনা মতম খরা ছুটি লৌজরুরে অদুননি। ইপল তোল্লপিশক শাউদনবা খর হায়বিয়ু। হয়েংদি শোয়দনা তলব অদো কায়রগা ঐ য়ুম চঙলমদনা ইপলগীদা হান্না লাক্লগে। মদুদা শেল অদু পুরক্লগে হায়বিয়ু।

মথংগী নুমিৎ লাইমোনা লাক্কনি পৈশা পুরক্কনি হায়বদো লাক্তে। অসুম্না হোরেন হয়েং তৌদুনা লৈরকইসি থা অমা পুরা ফারে। তোল্লপিশক ৱাখল তৌই। লাইমোনা ঙমহনবদি য়াদে হায়দুনা উপায় মখল মখল থিরি। লাইমো চহী কয়া শুরবা মীওইনো? মহাক মীয়ায় চল্লে। চহী ৪৭/৪৮ গী লেঙ্গা মাল্লি। মহাক্কী ময়ুম মকৈদি কমদৌই? কেরানী মচা অমা ওইবা মহাক্না শারিবা লৈরিবা য়ুম অঙকপনি। চ্যেক্কী য়ুম দলান মথোল অনী মমাঙ শঙ্গোয় পাকা। কদাইদৈ শেল লৌরুদুনা অসুক ফজনা শারিনো? লৈকাইগী অঙকপা অমা ওইনরি।

মসিমসু ইপল তোল্লপিশক্না তাখি। পংকুই কুইদ্রিবা ৱানি। লাইমোগী মচানুপা অহল মমিংনা রোজেন কোই। রোজেন মেট্রিক পাস তৌরবা মীনি। মহাক বিএ তমথদে। কদায়দৈনো বিএগী সার্টিফিকেট অমা লৈরগা লংফৈদা চৎখি। খর লৈরগা লং ফৈদা ময়াং কারবারৱালা অচৌবা অমগীদা কেসিয়ার ওইখ্রে হায়না। কারবারৱালা অদুই লুপা লাক্ষ ১০ বেঙ্কতা থমজিল্লু হায়না পীরগা থল্লমদনা পুদুনা চেল্লক্লে হায়না। মমিং ওয়্হোক্লগা তৌরুবা থবকনিনা মণিপুরদা মাবু থিবা ফংদবনিসু হায়নখি। অদুগা মদুদা পুরকপা শেনফম অদুনা ময়ুম শাগৎপনি। খরনা হায় মপা লাইমোনা শেল চাবা হৈমনদুনা শাগৎখিবনিসু হায়। করম্বনা অচুম্বা ওইরিদগে খঙদে। পংঙাও ঙাওনৈ।

তোল্লপিশক্না পাউ ময়ামসি তারগা শোনখি "কৈনা তোকপা পোকপা হৌনদে হায়দো চুমখ্রেদা।" হায়না।

ইপল তোল্লপিশক্না খনমখৈ খল্লবা তুংদা দরখাস্ত অমা বেঙ্ক ম্যানেজরদা

থাগে লেপ্লে। দরখাস্ত অদুদা মাগী পেন্সনগী শেলশীং, পেন্সন বুক নম্বর, একাউন্ট নম্বরনচিংবা ময়েক শেংনা শেংনা পল্লে। থাগী পেন্সনগী বিলদা সহী অনীতা তৌখি। অছম শুখিদে। মাগী বিলদু কনাগুম্বা ট্রেজুরীগী মী অমনা আইদেন্তিফাইদ তৌরগা কায়থ্রে। হংনবদা কনাসু খঙদে হায়রে। পেন্সন বুকসু হৌজিক ফাওবা থিবা ফংদনা লৈরি। ম্যানেজরনা হীরমসিদা অমুক্তা মুন্না য়েংশিনবিয়ু হায়না থাবা দরখাস্তনি। কপি অমা ট্রেজুরী অফিসারদা পী। মঙোন্দসু খরা থিজিনবিয়ু অমসুং য়েংশিনবিয়ু হায়নসু হায়জখি।

থা অমা মখায়রোম হেল্লবা মতুংদা পিয়ন অমা লাকই। ট্রেজুরী অফিসারনা ইপল তোল্লপিশক্কী পেন্সন বুক্কা থা অমগী পেন্সনগী শেলগা পীরকই হায়দুনা পীরে। অদুগা লাইমো থবক্তগী ডিসমিস তৌরেসু হায়রম্মী। পাউদু তাবদা ইপল তোল্লপিশক মপুক্লীংদা নোকখি। অচুম্বা থবক পায়খৎলকই হায়দুনা বেঙ্ক ম্যানেজর অমসুং ট্রেজুরী অফিসার অনীবু থাগৎখি।

হৌজিক লাইমো করি তৌগদৌরি? মচানুপা অহলদুসু জেলদা লৈখ্রে। নহারোল লালহৌবা শাদুনা শেল খায়রুবদৈ ফাবনিসু হায়নৈ। মশাসু থবক্তে লৌথোকলে। হূরানবৈ ১০ নি মপুগী নোংমা হায়বদুনি। লাইমো শেল চাদুনা ইপল তোল্লপিশকপু ঙাইরম্বা ওইবা তায় মাগী পুন্সীগী অশেংবা শক্তমদু উৎননবা।

# মায়থীরবা ইচেতোম্বীগী পুন্সী

ইচেতোম্বীগী পুন্সীদা চাংয়েং কয়া পাঙথোক্কুনা লাকই। চাংয়েং খুদিং মায়থীদুনঙাক লাকখি। অদুক হাক্লা নক্ক তিন্নরুদ্রসু ইচেতোম্বী ঐগী মরূপনি। মাগী মওং মতৌ শাজৎ উবদা কয়া মীঙমদবা মীতা ওইনা তৌই। ৱাঙাং ৱাতা চম্মী লুই ফজে। মীনুংশি চাউবী থম্মোই থোৎপীনি। মাবু ঐনা নুংশিরুই। করিগীনো খঙদে। মা ঐ স্কুল অমতদা লাইরিক তম্মীন্নরকই। চহী ২/৩ ঐনা হল্লম্বা য়াই। ক্লাসতসু ঐনা অনী হেল্লি। মসি জাপান লান মমাঙগী ৱারীনি।

লান লোইখিবদা মঙাইরি। নোংমা ঐগী ইচে অহনগা ঐগা ইয়ামপান্দা চৎলি। ইচে য়াইমা উনবা। মফম অদুদা ইচেয়াইমদু লানচেনখিবনি। ইয়ামপান হায়রিবা খুল অসি ইরীল তুরেল ৱাংমদা লৈবা খুলনি। মদুদা ইরীল মপান হায়বদে শমজিল্লক্কুনা ইয়ামপান হায়বা ওইরমতাই। লম্বীনা শওমবুংলোমদা চৎলি।

হল্লকপদা শওমবুং গেটময়াগী মনীংথংবদা লৈবা থোঙ্গাল অমদা মকোক ফারপ তৌবী পুঙৌ ফনেক লৈপাক মচু মানবা অমোৎপা অমা শেৎ, মচু থোক্ত্রবা খুদৈ মচা অমা মঙক্তা য়েৎপোই ইনবোই তৌই। লেপতুনা লৈ। ঐ থওইনা য়েংলুদে। নুপীদুনা

কৌরকই ঐবু উবদা "তারিব্রাও! নঙবু পিশক নত্রাও?"

ঋাহয়দু তাবদা ঙক্লুনা হন্না য়েঙুই ঐনা। উবদা "হাই, নঙ। ইচেতোম্বী নত্রাও?" মাগী মহৌশাগী নোকমি নোকমি তৌবা মায়থোঙদুগা লোয়ননা ইনাক্তা চঙশিলক্লুনা খুমলকই "মান্নে। নঙবো কদায় চৎলুরিনো?"

— ঙাইখো, নঙবো সিদা কৈদৌরিনো?

— ইবেম্মা, ঐ সিদা লৈরে। লানজেল্লকপদৈ।

— ইমাহোয় পাজীহোয়সু য়াওনা?

— মহোয়দি লান হেক লোইবগা ইম্ফালদা অদুম হোঙ্গৎখ্রে।

— নঙদি সিদা কৈদৌহৌরিবা?

ইচেতোম্বী খুমদে নোক্তমক নোকই। ইচেতোম্বীনা ঐগী ঋাহংগী পাউখুম পীদনা নোক্তমক নোকপা অদুদা ঐহাক ভাব তারকই। হংঙি খুদোনবী থিনদুনা অসি নখোয়গী য়ুমলা? ইচেতোম্বী শকফম খঙহন হনজিনখি। নীংঙমদবৈ মায়থোঙগা লোয়নরদুনা "মান্নি" হায়না খুম্মী।

— নঙবু থোঙ্গালদুদা লেপ্লি করিগীনো?

— অঙাংশিং শল হোইগৎলুনি হায় চৎখিবা। কুইরে। হল্লকমন্দ্রবা অদুদা নুংশা থিদুনা য়েংলমলিবনি।

— ইচে তোম্বী নঙ শাউরনু। ঙসিদি থেঙগ্রে। ইম্ফাল য়ৌবদা মন্ননি। ঐখোয় চৎখ্রগে। নোংমা লাক্কে। মদুদা ঋারী শাংনা শারসিকো।

— চাক চরা অমতা চামিন্নসিকো। ঐ পাউ চেল্লক্কে।

— অদুদি চৎখ্রগে ঐখোয়। ইচেতোম্বী নঙ লৈহৌরোকো।

ঐখোয় লাক্লে। ইচেতোম্বী থোঙ্গাল অদুদা লেপ লৈহৌই ঐখোয়না চৎখিবা মায়কৈ য়েং।

চহী কয়া হৌখ্রে। ইচেতোম্বীগী ঋা নোংমতা নীংশীংলুদ্রে। উসু উনদে। উনদবনা নীংশিংলুদবা ওইরম্বা য়াই। মতমদো ইং ১৯৪৯ গী হৌরকপদনি। গুহাটি ছাত্রীবাড়ীদা লৈরি ঐ। ইখঙ খঙহৌদনা নোংমা ছাত্রীবাড়ী হোসটেলদা ইচেতোম্বী লাকখি লোয়নদুনা কটন কলেজদা তম্বা মৈতৈ ছাত্র অমগা। ঙক্লা হংঙি কমদৌনা করি থবক লৈদনা সিদা লাকলিবা হায়না। ইচেতোম্বীনা খুম্লকই "পরীক্ষা থাবা লাকইনে। ইং লিসতা ঐ কমপার্টমেন্টল ফংঙে। মণিপুরদদি পরীক্ষাই সেন্টার লৈরোই। কমপার্টমেন্টেলগীদমক্তী গুহাটিদা থাগদবনি হায়রে। অদুদা লাকইনে।"

ইচেতোম্বীগী লাকমিন্নরিবা ছাত্র অদুই মমিং শামু কৌই। শামুনা মখা তাথরকই,

"নহোয়গী ছাত্রীবাড়ী অসিদা নঙগী গেষ্ট ওইনা ইচেতোম্বী লৈতবা য়াদ্রে। ঙসি তাং ১৭ নিদনা পরীক্ষানা তাং ২১ দনি। ২৩ ফাও লৈবা তায়। নহোয়গী সুপরিন্টেন্দেন্টতা নঙ অমুক্তা হায়া ঙাঙনরুচো। য়ারক্তগা ঐগা ঙাঙনগে। হোটেলদবুদি লৈবা য়াই হায়বু কয়া খুদোং চায়োই হায়দুনা তৌবনি। য়ানবা ঙাঙনরকউকো।"

সুপরিন্টেন্দেন্ট অদু অহানবদা য়ারমদে। অদৈ পরীক্ষা থাবৈনি হায়বদৈ য়ারক্লে। য়ারকপদুদা ইচেতোম্বী অমসুং শামু হরাওখি। শামু চৎখ্রে। ইচেতোম্বীনা পুরকপা মপোৎ মচৈদু ঐগী কাদা থাংজিল্লে। ঐগী কাদা ফম্মুং অমা হাঙলি। আই-এ পরীক্ষা পীরম্লগা চৎখ্রবা ছাত্রী অমনা লৈরম্বনি। সুপরিন্টেন্দেন্টনসু মদুদা মাবু লৈহল্লু হায়রকই। ঐখোয় অনী লৈমিন্নরে ঐগী কাদুদা। ইচেতোম্বী শকফম অমা হোংলমলে। ফিজেৎ চাকচাদৈ হৌনা। মতম অমদা লান মতুংদা শওমবুংদা উখিবী মোৎতাই শুদাইনবি ইচেতোম্বীদু ওইদ্রে হৌজিক। পরীক্ষা থাগদৌরিবনিনা কুপথনা হংবসু হংনীংদ্রে পরীক্ষাই ব্বা নত্তনা। শামুগা করম হায়না খঙনরুরিবনো হায়বদুমক্তংদি হংনীলে। হংলে।

ইচেতোম্বীগী নোকমি নোকমিবা মায়থোঙ, ময়া য়ামাঙ ইতুম তুমশিনবা অদু উমখৈ নোক্লগা হায়রকই "হেরা ঐখোয় পার্টিগী ঐগা শক খঙনবা, তৌবা ঙম্বদি শামু নত্তনা কনা লৈগে হায়বা? অদুনা মঙোন্দা চিঠি ইখ্রগা লাকলিসিনি। খঙঙব্রাও?"

— পার্টি হায়বু?

— ব্বা য়াম শাংখ্রে। হেক খঙশিন্নদ্রদনা।

— শাংঙরোই, শাংঙরোই। তোক্লসি।

— পরীক্ষা লোইরগা নীংথিনা নে না তানা শারসি হায়বা ব্বারীদো। ঐখোয়নে য়াম ব্বামিন্নরকখ্র জাৎনি। করিনো নোংপোক মায়গৈগী খুল ময়াম অদুগী ঈ পাউ থাদোক থাজিনগী থবক ঐখোয়না তৌরকইনে। মী খঙহন তাহনবদি য়াদ ওহোক্লা ব্বাখ্রে।

— খঙঙে। পরীক্ষা লোইরগা শারসি। নঙনা হায়বা চুম্মী। হৌজিক নফি নরোলদু হোংদোকলো। লাইরিক পানবা তৌরো। ঈরুজথোককেরা?

— ইংবনিনা হুমাংসু শৌদে লুররোই।

অসুন্না ইচেতোম্বী পরীক্ষা থারম্লগা মণিপুর থোকখ্রে। মানা ব্বারী মপুং ফাদ্রবসু মতেক খরদি লীরম্মী। শওমবুংদা মহাক চহী অনী খর হেল্লপ লৈরম্মী। ইমুং অদুগী মীগা কয়া মোত চানরক্তবদৈ ইমুংদু মানা থাদোক্লম্বনি। ময়ুমদসু হনজিনবা ইকায়। মতাং অদুদা শামুগী কাঙবুগা থেংনদুনা মহোয়গী মরক্তা য়াওখিবনি। মদুগী ব্বারীদু য়াম শাং ঙি। ব্বারী পূন্নমক অদো অমত্তা চিংথদনা হয়েং মণিপুরদা লীগে খঙনীংলবদি। হয়েং

মণিপুরদা থোক্লগনি হায়বদুই নুমিদাং অহীংদা খরদি লীরম্মী।

ঐহাক লাইরিক তম্বা লোইরে। ওঝা ওইরে। ইচেতোম্বীসু ওঝা ওইরি হায়না তায়। তাবতনি মশক ইশক্তি উনদ্রি। করি লমদা লৈবা করম্বা স্কুলদা ওঝা ওইবনো হায়বসু খঙদে। ঐনা ওঝা ওইবদি মা ঐ তম্মীন্নরকপা স্কুল তম্ফাম্নাদনি।

ঐ ওঝা ওইরম্বদে অফিসার ওইরে। ইচেতোম্বী মথং মথং ট্রান্সফর তৌরক্তুনা শিঙজমৈগী নুপীমচা স্কুলদা ওঝা ওইরবা মতমনি। নোংমা ঐনা টুর চৎকদে থোরকই। শিংজমৈদা পানা চাখিসি হায়দুনা গাড়ী খাম্মী। ড্রাইভরদু পান দোকান্দা পানা লৈবা চৎখ্রি। ঐনা জীব গাড়ী মথক্তা ফমদুনা লৈহৌই।

ইচেতোম্বীনা জীব মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা ইনাক্তা লেপ্লগা হায়, “নঙ অফিসার অচৌবা অমা ওইরে তাবদা ঐ কয়াম নুংঙাই খঙব্রা? নঙবু অমুক্তং উননীংদুনা নয়ুমদা লাক্লম্বা অহমলক শুরে। লৈরমদে টুর চৎখিদ হায়। ঙসিদি উনৌ হায়দুনা লাইনা তমমাপ্লে আ থোঙনাওদা উদুনা থোরকইনে ইবেম্মা! অদো নঙবু চাক অমুক্তদি চাম্মিন্নসি হায়।”

— চামিন্নসিনে। কৈদৌঙৈ চাসিগে? কনাগীদা চাসিগে?
— ইয়া য়াই। হন্দক্তি ঐগীদা চাসি।
— আ নহোয়গী শওমবুংগী য়ুমদুদরাও?
— ওহ্বোক ওহ্বোকপা মসিনা হায়রিসে। মদুদি কাউখিবা কুইরেনা
— অদুদি কদাইদা?
— ঐনা হৌজিক লৈরিবা য়ুমদি সিদৈদি নকএ। থোঙ হেক লাহ্বোক্লগা কোহ্বোং ১/২ চৎলগা লৈরবনে। থিবকাদি লাইথ্রপোৎনি। য়ারোইয়ে। লাক্লিবা নোংমাইজীং অসিবু নঙ শংগদ্রাও?
— শংনবা তৌবা তারেদনা। অদো য়ুমহোং তোয়রগা লাঙ্গরা তাপ্লি হায়বা অহল লমনগী পাউরৌ অমা লৈবনিকো।
— নঙ শোয়দনদি লাকউকো। লম্বীদা হায় কা হায়দুনা লাক্তবদি য়ারোই। থায়না তিন্নরকপদু নীংশিংদুনা শোয়দনা য়ারক্কনি খন্না হায়রিনি।
— ঐনা হেন্না নঙগীদা লাক্লীংঙিনিনে। অমদো য়েংনীংঙিবা, খঙনীংঙিবা। খঙঙব্রাও ইবেম্মা।
— (নোক্লদুনা) নঙগী হৌনবী ফাগীদু হৌরক্লব্রাও? ঐ অমুক নীংশিংবা লাকখো হায়ব্রাও?

— ঐ কাউয়োইএ। নঙনদি নীংশিংবা লাক্লনু। পাউ থারক্কে হায়রবদি অমদু থারকউ।

— চৎলো চৎলো থেঙশ্লনি।

অসি হায়রগা মমিৎ অখুবা অদু উদমখৈ নোক্তুনা লেপ লৈহৌই।

মতম কুইরবে তুংদনি। ইচেতোম্বীসু ঐসু পেন্সন ফংনরে। নোংমা লাইরিক অমা ফাকলুবদৈ ইচেতোম্বীনা য়াম্না পামজখিবা শৈরেং অমা থেংনৈ। স্কুল তমলিঙে মতমগী ৱানি। শৈরেং অদুদা য়াওরিবা ৱাহে "চীংদা শাৎপী ইঙেললৈ, চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকইদে।" খরসিনি মানা য়াম পামজখিবা। শৈরেং মতেক অদু উরুবদৈ ইচেতোম্বীবু নীংশিংলকই। মাগী মরমদা মথং মথং সুম খল্লকই।

ইচেতোম্বীনা লৈশারীঙে, হায়স্কুল তমলিঙে মতম কয়াদা ঙাওজরম্বা। মতম অদুদা মাগা নুংশিনজরম্বা পাখং অদুনা মাগা করম্না কায়নখিবা? লানজেনফম শওমবুংদা নুপী লৈরবা নুপাদা করম্না ওংদুনা লৈরুরিবা? করিদৈ নুপা অদুগা খায়নরকখিবা? নুপাদুগা কায়নরবা মতুংদা অরোনবা চৎপা কাঙবুগা থেংনখি। কাঙবু অদুদা য়াওরিঙেদা অৱা অনা কয়া খাঙলকই। ওঝা ওইরবা মতুংদা গুরু ট্রেইনীং য়াউরুই। ট্রেইনীংদু য়াওরুবদা ফংলকপা মতম খরা মপুরোইবা। হৌজিকনা মপামদা মবুং মপুৱাশিংগী মচা মশু অঙাং ময়াম য়োক্তুনা লৈরিবা।

হৌজিক্তি অহল ওইশিল্লক্লে মশাসু শোনজিল্লক্লে। মানা নোংমা তম্লম্মী মবুং মপুৱাগী মচা ময়ামদুনা "নেনে নেনে হায়দুনা চাক চারমদাইদা লোইনা হোৎচিল্লকই। অদুদদি চফু চাউদবা য়াদদুনা চাউরে। ইবেম্মা খঙঙব্রাও ঐগী চাকথোং চফুদুনা খ্বাইদৈ হেল্লে চাউবা।" অসুন্না।

ইচেতোম্বীসু ঐসু পেন্সন ফংবা চহী ১৪/১৫ শুরবা মতমনি। নোংমা অয়ুক কম্বল ইন্দুনা নুংশাদা ফম্নি চৌকি অমদা। ইচেতোম্বী অহল ওইশিল্লমলে। নঙনা কৌবৈ লাক্লনিকো হায়দুনা রিক্সাদৈ কুমথরকই। শোক্লে কুমথবদু ৱানা উই। ঐখোয় অনী চৌকী ১/১ দা ফমদুনা ৱারী শাই। ঐনা মাবু কৌবৈ মরম হংঙি। ঐনা হায় — "ইচেতোম্বী নঙসে ঐন্না নহা ওইরিঙে মতমদা চুন্না মরূপ অমা ওইবৈ তিন্নবতনি। হৌজিক্লা নঙনা তৌরিবা থবক, চৎলিবা মওং ঐ নঙবু থাগৎতবা ঙমদে। পূকনুংদা অমদি থম্মোইনুংদা নঙগী পুন্সীবু কল্লক্তবা ঙমদে। মখল কয়াই পুন্সীগী ইনশাং নঙ মহাও তং তংদুনা য়েংলুরে। অমত্তদা নঙ মায় পাকলক্তে। অদুবু নঙগী মায়থীরবা পুন্সীনা সমাজগী কাম্নবা তৌবদি লেপত্রি হৌজিক ফাও। নঙগী মায়থীরবা পুন্সীগী ফিদম অসিবুনি ঐনা য়ৌনা কাউঙমদ্রিবা।"

ইচেতোম্বীনা "করিনো নঙনা হায়রিসিবো? কদায়দা মায়থীরিবা? মায়থীদেনা। ঐনা কনাই মফমদা মায়থীদৌরিবা?" হায়রগা নীংঙমদবৈ স্বর মপী অমা হোন্দোকখি।

ঐনা হায় "নঙনা শওমবুঙদা লৈরুবদু নমিংতা নচা অমতা উরক্তে। শিংজমৈদা লৈরুবা অদুসু নচা পোক্তে। মফম অনীমক্তা নহাক মমা অমা ওইবা ফংলক্তে। মদুবুনি ঐনা মায়থী হায়বদি।"

"ঐনা পোকচবা ইচাসু ইচানি। অতোপ্পা নুপীনা পোকপা অঙাংসু ইচানি। অঙাং শিংবু মহে তমহনবা মী অমা ওইনবা হোৎনবদা করি কায়বগে? অম্মা নত্রাও? ঐঙোন্দদি ইচা মীচা নাইদে। ঐ মায়থীদে। মফম খুদিং অঙাং শেম্বনা ঐগী ইথৌনি। হৌজিকসু শেমলি য়োকলি য়ুমদা ইবুং ইপুব্বাগী মচা।" ব্বাহয়শিং অসি মাগী মহৌশাগী নোকমি নোকমি তৌবা মায়থোঙগা হায়বনি। অদুবু মচিন্দা নোকচরবসু মায়থোঙদদি নীংঙমদবৈ মমি অদুম মতারি।

ঐনা হায় "নঙনা নশাই ওইজবা থিদনা মী শেম্নমবা অসিদা ঐ নঙবু থাগৎতবা ঙমদে। নঙবু অমুক্তং শিদ্রিঙৈ অসিদা থাগৎলমগে হায়দুনা কৌবনি। ব্বারৌনুকো ঐ চৎপা ঙমদদুনা তৌবনি।"

ইচেতোম্বীনা খুম্মী "ইবেম্মা নঙনা কৌরকঅমদ্রদি ঐ লাকঅমলোই। উনবসিনা থোইনা হেন্না নুংঙাইখ্রে। কৈদৌঙৈ অমুক উনগদগে হায়বা খঙদেদো। অহল ওইরক্লবনিনা হায়রিবা।"

ইচেতোম্বী চৎখ্রবা মতুংদা ঐনা খলহৌই মাই মরমদা। মহাক্কী কৎথোকপা অমসুং মীনুংশি চাউবা তমজনীংঙাই ওই। নীংশিংবৈ পরেংদা লাকই মথং মথং। লানচেনবা হোংগৎপে মতাংদা শওম্বংগী লেপ লেপমুক ব্বাংনা হৌবা হব্বাই থরাক মরক্তা নুপাদুনা মাবু পুশিনবা অদুগা হৈজ্রাং অথৌবা অমা ইচেতোম্বীদা পীরগা-সে থাঙসি পায়য়ু নঙনা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিগদবা লৈরবদি ঐবু হান্না হাৎলমখো। মীনুংশি চাউবী অমদি থাজগনবী ইচেতোম্বী য়াখি। নুপাদুবু থাদোক্তুনা লাকপা ঙমখিদে। নুপী লৈবা নুপানা হায়খিবা ব্বানি। ব্বাদু থাজখি। মা নুপাদুদা ওংদুনা লৈরুই মতম খরা। কায়নরকই। খাইনরকপৈ মরম শেংনা কনাই মফমদা হায়দোক্তে। মোৎ তিন্নরকতবদৈ লৈনিঙদদুনা খাইনরপনি সিদৈ হেন্না হায়খিদে।

শওমবুং থাদোক্লমলে। তৌফম খঙদনা লৈরিঙৈ মতম অদুগী নীংতম লালহৌ য়াওবা মী খরগা থেংনদুনা ইচেতোম্বীসু নীংতম্বৈ লান্দা শরুক য়ারুই। চীং মান কয়া কোয়রুই। উরক ব্বারক, নারক মোংশোং কয়াদা লেনখি মতম। চীংদোং অমদৈ অমদা, খুল অমদৈ অমদা লান্নবা হোৎনবা মী খঙহনবসু য়াদবা মদুদা মখোয়না ব্বাখিবা পুন্নমক

অদু তম্বদা ইচেতোম্বী মমিৎতা মপি শিন্থখি।

মসিগী মতুংদা মেট্রিক পাস তৌরগা ওঝা অমা ওই। গুরু ট্রেইনীংদা ওঝা নুপা অমা ফংলকই। শিংজমৈদৈনি। নুপা অদুদা ওংলুই। নুপী অঙাং লৈরবা নুপানি। মদুদসু অতোম্বী ওইরুই। ইচেতোম্বীগী মিংগা চান্নবা অতোম্বী ঙাক্তা ওইরুই শওমবুংদসু শিং জমৈদসু। শিংজমৈগী নুপা অদুগী মচা ৪ লৈরম্মী। নুপী অহলদুনা পোকপা খর চাউরবা মচা অনীদু স্কুল তমলি। নুপী অহলদুনা স্কুল তমলিবা অঙাং অনীদু ইচেতোম্বীগা লৈহল্লি, চামিন্নহল্লি। মহৈ মশিং তম্বগী ভারসু ইচেতোম্বীবু পুহল্লি। অনীদু মপুংফানা মহৈ তমহল্লম্মী। হৌজিক্লা মপামদা। কমদৌনা নুপা অদুগা মাগ্না কায়নরকপা ঐনা ইচেতোম্বীদা হংলুদ্রে। মানসু তমথোক্তে।

হৌজিক্লা মপামদা মবুং মপুরা ময়ামগী মচা য়োক্কুনা লৈরি। মরৈবাক নীংবী, ইপা ইপুগী চৎনবী কায়দনা থম্বা পাম্বী অমসুনি। মৈতৈগী চৎনরম্বা ধর্ম্ম ঙাকনা চৎলি। মীয়ামগী য়াইফ থৌরমদা থবায় য়াওবী মশাগী ওইজবা থিদবী ইচেতোম্বীনি।

# গৌরিলা লমজেন অমসুং হঙেই তাংশাং ইরোইবা

(আটলান্টা ওলিমপিক ইং ১৯৯৬, জুলাই ১৯ দৈ আগস্ট ৪)

আটলান্টা ওলিমপিক য়েংগদৈ শেম শাদুনা টিভি মনাক্তা ফম লৈ। হৌবা ঙাইনরি। ইতোমত নস্তে। ইমুং হুপ্পনি।

অহৌবৈ কুমহৈ মিৎ পেন্নীংঙাইনি। নুংঙাই। অনৌবা মওংনি। লৈবাক অতৈগী শান্নবা হৌদোকপা নুমিৎতা তৌবা কুমহৈগী মওংগা মান্নদে। খেন্নবা মওং লৈ। মশা নাল্লি। মতম অরেম্বদা মাঙহন্দে চাং নাইনা চৎথৈ। অহৌবা ফজে। চাওখৎপা লৈবাক্লা শীনবৈ মমি ফজনা তাই। মতাং অসিদা ইউ এস এ বু থাগৎতবা ঙমদে।

ওলিমপীক হৌরে। মহোয়গী খুৎশিন্দা শরক শিবা অমতা য়াওদে। শান্নফম তোঙান তোঙানবা মফমদা শীল্লি। মখল মখলগী মওং মওংগী শান্নবা মশান্না য়াউই। শান্নফম মফম খুদিংদা মী য়ান্না তিল্লি। ফজনা য়েংঙি ফজনা শীল্লি।

লমজেন হৌরে। মখল কয়াই লমজেন্নি। মিটর ১০০, ২০০, ৪০০, ৮০০, ১,৫০০, ৫০০০, ১০,০০০, ১৫,০০০, ২০,০০০ অসিনচিংবা।

লমজেন চেন্দৌই থোরকইবা শান্নরোই পূম্নমক হায়রিসে লম অতেনবৈ

লমজেন্দনিকো। থোরকইবা পুন্নমক অমা অনী নত্তনা অয়াম্বা তিল কাঙ, শা উচেক, উদা জিরি জিরি চেনখৎপী নুমিৎ য়ুংবী চুম, হঙোই মমিৎকুম মিৎতোংবী, ময়ানা ঙম্বা, নোকত্রিখোই মশক উদবা, লাইবক কা অমা হেন্না তোঙবা, মখদাং খুনীংমুক শাংনা চোনথবা, মনাতোন্না জঙ্গলগী য়োংজাও খুল্লাকপদে হেন্না লাওবা, মশন্না মত্রং মত্রং কুরু কাবা, য়াও মতুগুম মশম হৌবা, মফি খিত্তমক শেৎপা ময়ামদো পরেং শানা লেপলি। নোংমৈ কাপলকপদা ঙাইদুনা লমথাফমদা লৈ। নোংমৈ মখোল হেক তাবদা হৌদুনা চেননখি মনীঙ তেকথোক। চেল্লিঙৈ মুন্না য়েংদ্রদি মী চেল্লি হায়বা উদে। শাথীনা মুবা য়াওই। মহোয়গী ইরুজবৈ মচুমদো মুক লৌবা য়াদৌ মাল্লি। মথবাক্তা চাউনা ময়েক শেংনা ইউ এস এ হায়বা ময়েক থাই। মদুমদি ময়েক্তু শেংনা উই। মথবাক্তা থেৎলিবা ময়েকশিংদু লমজেন চেল্লিবা শান্নরোই ময়ামশিংদুনা কাহেন্না য়ান্না পামজনা থেৎপা মাল্লি হেক য়েংবদা। অতেনতবা লমজেনগী মকোক মথংদি জঙ্গলগী শা ঙা মানবশিং অদুনতা তায়।

অশাংবা লমজেন্দনা কমদৌরি? শম কুরু হোয়গী লমজেলগা ওন্ন তৈনবনি। শান্নরোই থোরকইবশিং অদু অঙৌবা ঙাক্তনি। অমুবা য়াওবসু চেঙদা ফৌমান য়ানবগুম্বনি অম্না অনীদৈ হেন্না উদে। লমজেল চেল্লি হায়বা তরু তরু তশেংনা উই। অতেনবা লমজেলদা চেল্লিবা অমুবা শান্নরোইশিংদু ইউ এস এ না ব্রাইরুবা ওইবা তায় সনাই মেদল মশীং য়ান্নবা।

ইরোইফমদনা কমদৌরিবা? লমজেলদা তৌবগুম অতেনবা অশাংবা শুনা লৈ ইরোইবদশু। শন্নরোইশিংদো মশা মউ ফবা মশক ফজবা ফজবী ঙাক্তনি। নোং পোকলোমগী মায় লৈতেম মান্নবা মমিৎ খুবসু য়াউই। মহৌইসু ইরোইবা হৈ। ইউরুপলোমদৈসু য়াউই। নোংমা নীনিদি চুন্না সুম চাউয়েং য়েংলম্মী। নুতিগী ইউ এস এ না থোইতা হায়রিবা অদুদা করম্না থোইরিবনো হায়বদু কুপ্না য়েংবা হৌরকই ঐ। ইউ এস এ সে বুদ্ধিদি লৈজাৎনি। শীনববু ওহোক্লা হৈখ্রেনে। করম্না মহোয়গী মী মখৈ ইরোইফমগী ময়ায়দঙাক তাহল্লিবা। অদুক হৈখ্রবা মহোয়নবু থোইদনা কনানা থোইগদগে? ইরোইবৈ আইটেম ময়ামদুদা জাপান, চিনা, কোরিয়া খঙদে মখোয় নোং পোকলোমগী অমারা কৈনো য়াওখি মকোক তাবা অমা, ইউরোপ লোমদৈ ১/২ অদুগা সাউথ অফ্রিকাগী অমগা অতৈদি ইউ এস এ না সনাই টকমান লৌহৌবনি।

গৌরিল্লা লমজেনগা হংঙোই তাংশাং ইরোইবগা অনীসিন্নি ইউ এস এ না সনাই টকমান লোকহৌবা। রুশিয়া থুগাইরমদ্রবদি ইউ এস এ না টকমান মশীং হেনবৈ ব্রা লৈতে।

অৱাংবদৈ উপাক মথক্তে ইশীংদা চোংথবীগী আইতেমদদি ইউ এস এ গী মার্কা থেৎপা শান্নরোই উদে। ইরোইবগীদা ইথক্কী মতেং লৈবগুম আইটেম অসিদদি লৈতে অদুনা ওইবা তায়।

অরূম্বা থাঙ্গৎপা — অরূম্বা থাঙ্গৎকনি হায়না থোরকপা শান্নরোইশিংগী মীওই মীতৌদি অঙকপনি। শন্দং মরেঙগুম থোল্লবা লেংজুম, মনম শুক্লপ তৌবা মখোয়শিংদো স্নাধারন মীওইগদি ওঙ্গোকনা খেন্নৈ। শেন্নবদি য়াস থোক্কনি। মখোয়না থাঙ্গৎপা অরূম্বা ঙক্কবা ঙমদে; লেপ্পী খঙদবা ফম্মী খঙদবা, মঙক পান্দবগুম তৌবা মমিৎ খজিক্তা য়াৎপা, মদুদা মশা ফগৎলকপা অমদি নোইখৎলকপনা অমুক্কা হেন্না মমিৎতো খুজিনখ্রে। অতেনবা শান্নরোইশিংদু নোংপোকলোমগী মী ওইরমনি। তেল্লবসু তেনস্না হায়বদুনি। অরূম্বদি থাঙ্গৎলিনে ৱাংনদি থাঙ্গৎতে মশা নেম্বনিনা।

শান্দৌরিনি হায় থোরকলিবা মীওইশিংদো ইমান মান্নৈ। নুপীনি খঙদে নুপানি খঙদে। মাইকতা লাউরকপা নত্রগা ময়েক্কা থাদুনা তাক্লক্লবতা খঙবা ঙম্মী। অরূম্বা থাঙ্গৎপৈ আইতেম অসিদদি নাতোনলাও শমকুরু, ময়েক শেংনা মুবা মী য়াউদে।

অমুক উৎলকই বোক্সিং মৈতৈলোন্দা কিন্না থীন্নবী। মসিদনা অমুক মুশুক মুবা শাফবা কাঙবু। চাউ শাংই মীওই মীতৌ ফৈ। অঙৌবসু য়াউই। মকোই হাইফেৎ চোম্বসু য়াউই অদুবু অমুবনদি নম্মী। হায়রিসি মশা ফবৈ ৱানি। মায়দি য়াওদেকো। মায়দি করি হায়রুনি, দাগফমগী দাকফম ঙাক্তা। মমায় কায়খিবৈ ফোৎফম লৈবা। অমুবা নাতোল্লাউগী চিনবান অফোৎপা অচৌবদো, পিশুম তৎপা মখল মখলগী মীওইনি শান্নরোইশিংদো। শান্নবা থোরকইবশিংদুগী মাগী মাগী মীনা লাউ খোংদুনা খুবাক খুদুনা থৌগৎনরি। সেবা চঙনরি।

মশান্ন খুদিংগী শান্নরোই মশাদৈ ওঝানা হেন্না থৱায় য়াউই থৱায় ৱায়, নুংশা থী। মখোয়গী থৌওং থৌদৌ মায়থোঙদৈ অউবা ঐখোয়না ভাব তায় লায়না খঙবা ঙম্মী। মী অতোপ্পনা লাউরকপা হায়রকপা মহোয় তাবা শংদে তাদে। অদুক্কী থৱায় য়াউই।

অমা অমুক উৎলকই। খর থাপ্লপনা উবনি। খল্লি থেব অঙৌবা মচা চোংলিবা অসিবু থেবগী শান্নবসু য়াওরিমাগ্লে অসুন্না। লৈবাক্তা থরো থরো ওন উরু উরু লৈরগা খপচোং চোংবগুমসু উই। অৱাংবা ফাল অমদসু চোংখৎ চোংখৎ লয় লয় শান্নরি। অৱাং বদা য়ানবা থৌরি অমদা কারগসু য়ান শান্নৈ। থাপনা উবনি করি মশান্ননো খল্লি। নকশিন্না উরকান্দদি থেবা ওইরমদ্রে মী ওইরমলে। কয়াদি চাউ শাংদবা মী মরু মরু ওইরমলে। মমিৎ মমায় শুনা পাল্লি, মখোঙ মখুৎ শুনা য়াউই পাল্লি। মহোয়দো শরু য়াওদবগুমসু তৌই। লৈথোক লৈশিন ইয়া য়াই। মখোয়না শানরিবা মশান্ন অদু জিমনাস্তিক

কৌই হায়। ইউরোপ অমদি নোংপোক লমদমগী শান্নরোইনা নম্মী। ইউ এস এ গী অমখক্তং য়াউই। নুপীমচানি কপ কপতুনা চঙখি। মাগীদু আশা চাউনা লাকচরগা শোয়খিদুনা তৌবা মাল্লি।

অহুনবী, অরঙবীগী কুমহৈ মশান্না অমুক উৎলকই। য়োৎতূম লংবা, য়োৎতুম মরী পানবা লংবা, তা হুনবা অসিনচিংবা। ডিস্কস হায়ব্রা করিনো অপাকপা কোইরপ কোয়বা অমসু লংঙিনে। তা লংবদি মী কয়া ফজদে। শক্তী ৱানিকো। য়োৎতুম মরী পানবা, য়োৎতুম, ডিস্কস লংবা শান্নরোই শিংদু অরূম্বা থাঙ্গৎপদা থোরকখিবা মশা মউ ফবা চাউশাংবা অদুগুম্বা ঙাক্তা থোরকই। খেন্নবা হায়বু অরূম্বা থাঙ্গৎপৈ কাঙবুদি কাহেন্না নোয় মশা চাউই। লংবৈ মীদি চাউ শাংই মশা ফৈ য়েংবা নুংঙাই। ডিস্কস লংবদা থোরকখিবা মকোক মথং তাখিবা ইউরোপলোমদৈ শাফবী, শকহেনবী অহুমদো ফজৈহে য়েংবৈ পেনবা নাইদে। অমদি পাউদর কাসু মরক মরক্তা থাইনে। মাদি নায়ানবীকাসু য়াল্লিপোৎনি। ফজবসু মানা ইহেন হেল্লে। য়েংদুনতা লৈনীংঙে হায়ৱানি।

শান্নবা মশান্না চিৎথবা লৈতে। চেনজোঙ্, মাঙজোঙ্, খপচোং, চৈ পায়রগা অৱাঙবা চোংবা, পায়দনা চোংবা অসিনচিংবা। মসিগী শান্নবা মশান্না অসিদা শান্নগদৈ থোরকপা,শান্নরোইশিংদি মশা তনাপ তনাপী য়েংবা নুংঙাই। কা হেন্না নোয়দে কা হেন্না মশা পাবসু নত্তে ময়ায়নি। শান্নরোইশিংদো মচু জাৎ শুনা য়াউই। অঙৌবা, অমুবা, নাপু, মিৎখুবা, মিখুবী, মিৎতোঙবা মিৎতোঙবী ঙন্না শুনা য়াউই।

বেদমিন্টন, টেবল টেনিস শান্নবদদি মীৱাং মীশাং অমতা য়াউদে। মীনেম মীপিক ঙাক্তনি। ইউরোপিয়ান অমা অনীগুম্বা য়াওব্রা। নোংপোকলোমগী মীপিক ঙাক্তনা মকোক মথং তাখি। সনাগী তাকমালসু মখোয়না লৌখি। মীজাও মীশাংদি টেবলদৈ য়াম্না হেন্না ৱাংঙি। মখোয়না নোম্বদুনা শান্নরদি মখৱাং নাগনি কুইনা শান্নবা ঙন্নোই। মদুনা ওইবা তায় টেবলদৈ খিত্তা হেনগৎনা ৱাংবা ঙাক্তনা মশান্ন অসি য়াওরিবা।

লোন টেনিস শান্নবদা মীচং মীখায় নাইবা খরা উখি। মরু ওইনা আউট ইন্দনি। ইউ এস এ দি শান্নবদু মহোয়না থোইদবা য়াদে, সনাগী মেদল মহোয়না লৌদবা য়াদে অসিনি। আউট ইন্দা খর মীনমখি। শান্নরোই মথৱাই নুংঙাইখিদে। নীংবা কায়খি। মথৱাই নুংঙাইতনা শান্নবদৈ শোয়থরকই পোখি। ময়াম্না মদুদা লাউশিনবিখি। অদুবুদি মরৈবাক্তা শান্নবনিদনা। ভাবক য়াম্বা মহোয়না হেন্দুনা তৌরিনি।

ভোলী বোল, বাসকেট বোল শান্নবদা অমুবা মীজাও, মীৱাংনা খর হেনবগুম তৌই অঙৌবা শান্নরোইশিংদৈ। য়াওরিবা শান্নরোইশিংদুসু অমুবনা পংলাক লাকচবা ঙমদবা অঙৌবসু য়াউই। অমুবা মরক্তা খ্বাইদৈ ৱাংবা শান্নরোই অমা বাসকেট বোল

শান্নবদা য়াউই। মাদি বাসকেটতা তানবা হায়দুনা বোল লংখৎপা দরকার ওইদে। বোলবু মানা ফংলবদি বাসকেটতা হেক্তা থাদে ৱাংবনিনা মাদি লংখৎতে। য়েংবা নুংঙাই।

ফুটবোল, হোকিনচিংবদদি ইউ এস এ দি শিংথাবা য়ানা শান্নবা উদে। লাইগী শোয়দনবা য়াওদবা য়াদে হায়বা মতাগুম থোকপদি থোকই য়াউই। মহোয়না শান্নবদু য়েংবা নুংঙাইতে।

মুক্কা, মন, কুষ্ঠিনচিংবা অমুক উৎলকই। থোরকইবা শান্নরোইশিংদু নুং থাঙ্গৎপদা, কিন্না থিন্নবীদা থোরকপশিংদুগা অন্নানি। থোইনা খেন্নবা লৈতে। নম্নরমদাইদা কদম তৌনৈ শণ ৱাইনরমদাইদা তৌগুম। অদৈ নমনখি। মনমগন্না লৈপাক্তা তানবা হোৎনৈ। পাক তানবা ঙম্নদে পাঙ্গল মান্নবনিনা। নঙ্গল অমদি লেংজুম অনীনা লৈপাক্তা তাথ্রবদি অতাবদু পোরে। নমলিবা তাদবদুনা থোইরে। মিৎফম হোংবা য়াদবা মশান্ননি। নুংঙাই।

আটলান্টা ওলিমপীক্তা উৎখ্রিবা শান্নবশিং অদু লোইনা থাবা ইবৈ লোইবা ঙম্বা নত্তে। য়ামখ্রে। মখল মখলগী শান্নবা লোইনা শুনা পাংথোকই। মশান্না খুদিংমক্তনি ভাবকনা হেন্না থৱায় য়াওরিবসি। শান্নরোইশিংদৈ ওঝা অমদি, শান্নরোই সেবারীনা য়েংবা হেন্না নুংঙাই। ভাবক তিল্লিবদু য়ামখ্রে।

মশান্না খুদিংমক্তনি ভাবোক্না থৱায় য়াওরিসি। মখোয়দৈ হেন্না থৱায় য়াওবনা শান্নরোইশিংগী ওঝাশিংনা অমদি সেবারীশিং অদুনি। শান্নবুং শান্নবুংদা তিল্লরিবা মীয়াম য়েংবা লাক্লিশিংদু অঙকপনি য়ামখ্রে। ভাবোক ময়ামদু উবদা খল্লি ময়ুম ময়ুমদা মী অমতা লৈহৌরম্নরোই য়েংবা লোইনা লাকঅম্মগনি অসুন্না। আমেরিকাই মীসি য়ামদি য়ামবোয় হায়না। মথংদা অমুক খল্লকই আটলান্টা ওলিমপিক্তা শরুক য়াদুনা য়াওররিবা লৈবাক খুদিংমক মাগী মাগী শান্নরোই, অমদি শান্নরোইশিংগী সেবারী, ওঝা অদুতা নত্তনা শান্নবদা থৱায় য়াওজবা কয়া অমসু লাকলিবনি য়েংলরিবনি। অদুনদি য়েংলরিবা ময়ামদু আমেরিকা মচাদা নত্রে অতৈ অতৈ লৈবাক্কীসু য়াওরবনি। অদুনা য়াম্বনি।

অতোপ্পা অমনা হংঙোই তাংশাং ইরোইফম অমদি গৌরিলা লমজেল চেনফম অনীসিদা মী কা অমা হেন্না তিল্লি। অনীসিনি ইউ এস এ না সনাই তকমান য়াম্না ফং লিবসু। অদুনদি ইউ এস এ দি অঙ্কগী মীনি হিসাবকী লৈবাক্লি। মফম অনী অসিদা তিল্লরিবা মীয়ামদু আমেরিকান মচা ঙাক্তা ওইবা তায়। অতৈদনা ভাবোক অদুক হাক্লা কুণ্ডদে তাকলপ তৌই। ইউ এস এ না সনাই মেদলগী আশা উদবা মরম্না মহোয়না লাক্তদুনা মী খর লনবা ওইবা তায়।

হন্দক্কী পৃথিবী অপুনবগী ওইবা ওলিমপিক আটলান্টাদা পাঙথোকখি। মথক্তা

তমজখিবসি মদু য়েংবগী পাউদমনি ঐনা উবগী। ঐখোয় ঐখোয়গী টিমনা থোইরগা হয়াওবা পোরগা নুংঙাইতবা অসিদি তাইবংগী হৌনশানি। অদুবু পোগদৌরে খঙদুনা লাউশিনবা, মীগী দায় য়ৈথবা নস্ত নস্তবা খোঙ্হোক শীজিন্নদুনা, অমদি শান্নবা থুগাইনবা হোৎনবা, ভাবোক মিপাইহনবা অসিনচিংবা কয়া উবা ফংখি। মতাঙ অসিদা ঐঙোন্দা বাহং অমা লাকখি অসিগুম্বা থৌদৌ অসিবু আমেরিকান মচাশিংনা ভারত মচাশিংদগী তমখিবরা? নত্রগা ভারত মচাশিংনা আমেরিকা মচাশিংদগী তম্বরা? মসিমতং খঙনীংখি।

# লফু মতুপ্না ফি শেৎকে হায়রকপা

গোকুল লৈকায় অদুদা লৈবা খ্বাইনা ইকায় খুম্নবা মীশক অমনি। মহাক মণিপুরগী অহানবা লিংখৎপা হায়স্কুলগী হেড মাস্টরনি। ইনাক খুনবা হায়বদুমক্তি নত্তে। অদুবু চাবদি ৱাৎতবা মীনি শম্না হায়রবদা মচিঞ্জাক চাজবা হায়বদুনি। ওঝাদা ওঝা হায়বদুনি গোকুল। মঙোন্দা ইচা মীচা খায়বা লৈতে। মাগী ছাত্র পুম্নমক অপোকপা মচাদা মচাগুম খল্লি। ছাত্রশিংনসু মাবু মপাগুম খল্লি। ওঝাই মগুণ চপ চানা চেনবা গোকুলনি।

গোকুলগী মচা নুপা অমী পোকই। নুপী পোক্তে। মচা নুপা অনী অদুনা লোইরে। মাগী নুপী রানী কৌই। লিরি, খোইরী, মোং হাদে য়ুম অমগী মবেম্মা ওইবদা মতীক চাবীনি। লমচৎ ব্যাবহার, মীকৌ মীরম ফজে। থোক্লা চন্না খঙবীনি। ময়ুমদা লাকপা মীবু তরাম্না ওকই। রানীগী লমচৎ ব্যাবহারনা ওঝা গোকুলগী গুণ হে[illegible]হল্লি। অনীগী চান্না চিন্ননা লৈবা য়ুম্বানবু খ্বাইনা কল্লকনৈ। লৈকাইনা মহোয়গী য়ুম্বান মতৌ তমজৌ হায়নরিবনি।

মখোয়গী মচা অনীমক লংফৈদা মহৈ তম্বা চৎখি। য়ুমদা অমতা লৈতে।

মচা অহন্না ডাক্তর তমলি। অতোম্বনা ইঞ্জিনিয়ার তমলি। অহৌবা চহী ঙাক্তনি। লোইদুনা থোরক্কদবা চহী ৫/৬ ৱাৎলি। ওঝা গোকুল নহা ওইরিঙেদদি মশানা কোয়চেন চেন্দুনা গ্যাস লৌবা, ঈশিং খাজনা থীবা, ইলেক্ত্রিক্কী বিল, টেলিফোনগী বিল থীবৈ থবক মতোমতনা তৌজরম্মী। হৌজিক্কী স্কুল অসি স্ট্রাইক অমদি বন্দ তোয়বনা থবক চিনবা হেনগৎলক্রে। মশাসু অহল ওইশিল্লকলে পেন্সন ফংগদসু কুইদ্রে। মরম অদুদগী মাগী তেংবাংনবা মী অমা থমগে খল্লক্লে। ৱাফম অসি কনাদসু ফোঙদোক্ত্রি। রানীদসু খঙহন্দ্রি। মশা মতোমদা খনজবতনি।

নুমিৎতো নোংমাইজীং নুমিৎনি। গোকুল অয়ুক্কী চা থক্লে। মাঙ্গোলদা ফমেলগী ফমফমফক্তা ফম্লগা পরীক্ষাই চে খরা মমাঙদা থাদুনা লৈ। রানীনা চঙসিল্লকই। মোরা অমা থাদুনা গোকুলগী মনাক্তা ফম্লে। অদুগা মহোয় অনী লংফৈদা লৈখিবা মচাশিংগী মরমদা ৱারী শারি। গোকুলনা মচা অনীদু লাক্কদবা ৱাৎলি। চহী মরীরোমগী মতুংদা মহোয় তম্বা লোইরবা য়াই। লোইরবা মতুংদা লাক্কদবনি।

রানীনা "মদুগী মতাংদনি ঐনা মহোয় পাবুংদা ৱাফম অমা হৌদোকচনীংঙিসি।"

গোকুলনা হংঙি "করি ৱাফমনোনে?"

"মাই পাবুংসু অহল ওইশিল্লক্লে। অমসু অমসু নংনবা কোয়চেন চেনবসে য়াম ৱানা উরে। তেংবাংনবা নুপামচা অমতং থম্বনা ফরব্রা হায়না খনজরিবা" হায়না রানীনা ৱা হৌদোরকই।

গোকুলনা খুম্মী "রানী! ৱাফমদু ঐসু খনবা কুইরবনি। মীচাবোক অমা য়ুমদা পুসিন্দুনা থম্বা হায়বসে লুইনে। লুই হায়দুনা ফীভম্না থমদবদি য়ারক্ত্রে। ঐসু অহল ওইরক্লবনিনা কোয়চেন চেন্দুনা অমসু অমসু নংনবা থুংনবা হোৎনবসে ৱাশিল্লক্লবনিনে। ঙম্মকত্রবনে ঙম্মকত্রবা। থমবা হায়বসে তঙাই ফরক্ত্রবনি অদু নত্রবদি য়ুমসে পানবদা ৱাদৌরি।"

রানীনা "অদুনবু নুপামচা অমা থিসি হায়জরিসিনি। নুপীমচাদি ঐগীদি কান্ননি অদুবু থম্নীংদে। নুপীমচাদি মাই পাবুংগী মহুৎ শিন্দুনা মপালগী থবক চৎপা ঙমলোই। মবুক মপাউ ফবা লাইরিকসু মমিৎতা খর উজরবা নুপামচা অমা থীসি।"

অসুন্না গোকুল অমসুং মাগী নুপী রানীগা খন্নরকপসি নুমিৎ ৭/৮ শুজিল্লক্লে। নোংমা নুমিৎ অমদা নুমিৎতো অয়ুক্কি গোকুল অমসুং রানী মহোয়গী মাঙ্গোলদা ফমলৈ। ইখঙ খঙহৌদনা আশা তৌরুবা লৈতনা তাদ অহঞ্জাও চঙলকই। অনীনা অহনজাওবু তরাম তরাম ওকই। ফম্নবা ফিদা থাই। গোকুলনা — "তাদা লেঙঙকপবু চুন্না সুম উনদবা কুইরে হায়দুনা লেঙঙকপরা নত্রগা করি?"

"রানীনা লোনবা চা থক্তবা কুইরে। চা গ্লাস অমতা থক্কে হায় লাকপনি।" হায়না অহঞ্জাওনা নোক্তুনা খুম্মী।

অহঞ্জাওগী ৱাহৈ অদু তাবদা রানীনা হরাওনা "অদুদি ঐ চা লোম্লুরগে।" হায়রম্মগা ইমুং চঙখি।

গোকুলনা "মহৌশা মহৌশাদি তাদসে নুংঙাইবা পাউ পুদুনা লাক্কনবনি। ঙসিদি করি পাউ পুরকইদনো খঙদেসে।"

"নয়াম্বনা লাকপবু নুংঙাইবা ৱা পাউ লৈতনবু কৈ লাক্কদগে? অদুবু রানীনা চা পুথোরকঅগা ঐখোয় অহুম ফম্মীন্নরগা হায়গেনে। করি হায়গে?" হায়না অহঞ্জাওনা খুম্মী।

রানী চা পুথোরক্লে। অহুমদু ফম চা থকমিন্নরে। অহঞ্জাওনা ৱা হৌদোরকই "ইনাওগা ইবেম্মা রানীগনা য়ানি য়ারোইদি খঙদে ঐনা হায়গদৌরি ৱাসে। অদুবু য়াবিরসু য়াবিদ্রসু হায়রুনি হায় লাক্লবনিনা হায়বা তারে।"

রানীনা তানীংনা "হায়দোকলোনে তাদা তানীংবনা লোইরে। তাদনা হায়গদৌরি ৱাফমসে অফবা কান্নগদবা মাল্লিদা।"

অহঞ্জাওনা হায় নুপামচা মেট্রিক্তি পাস তৌরবা অমা লৈরে। মাগী মমা মপানা নংবনা মখা তমথহনবা ঙমদ্রে। মশানদি য়াম তমজনীংঙি। অহঞ্জাওগী লৌউবৈ মচানি। মপা অদু মচা ৮ পোকই নুপী ২ নুপা ৬। পোৎনা নোংমা নোংমৈ তাঙশিল্লকপা অসিদা মচা ৮ অদু থাকপদা ৱানা থোক্লে। লৌমীদুগী মচা য়াইমা তোয়াইমা অদু কন্নাগীদনো খর লৈজগে ইমুংদুনা তৌ হায়বা থবক লোইনা তৌজগে হায়। ৱায়োং চাবা ইম্ফালদা লৈবা মী অমতা থিবিয়ু হায়। চাবা থাকপীবা মফি মরোল থোনবিবা অদুগা লাইরিক তমহনবিবা অসিতনি। গোকুলগী ইমুংদা মী ৱাৎপদু উবদা অহঞ্জাওনা পাউ অসি তল্লবনি।

অহঞ্জাওনা হায় "ইবুংঙোখোয় ইবেম্মাখোয়গী মতেং পাংনবা য়ারবদি নুপামচাদো খর থম্বীয়ুনে। মহৈ তমথনীংবদুসু তমথহনবিয়ু। বিদ্যাদান হায়বদুনি। মপাদু ধর্ম্ম কায়দে মীনম্বা ঙাঙদে। লৌশানসু মতম চানা শুনা তম্মী। চহী অমতবু পুৎথদে। মাগা ঐনা লোয়নরকপসি চহী ৩০ রোম অদুম ওইরম্মনি। মাই মচাদো শকসু পংথী থীদে। মশা য়াম নাল্লি। মানা পায়বা পোৎ কন্নানসু হঙ্গোইরোই।"

তোয়াই গোকুলগী য়ুমদা লৈখ্রে। মহাক ডি এম কলেজদা মিং চন্দুনা লাইরিক তল্লে। তোয়াই হরাওখিবনা মহা ওইরে। অয়ুক্কী থবক ৱাইশিং লমশেংবা পুন্নমক মী পোং হৌনদ্রিঙেদা লোইনা লোইথোকই। করম্বা মতমদা মানা মহাক্কী থবক ময়াম অদু

পাঙথোকখিবা কনানসু উদে খঙদে। কলেজসু লেপ্তনা মতম চানা কায়। লাইরিকসু পাই পরীক্ষাসু অদুম মঙঙ্মী।

গোকুলদা পাবুং, রানীদা ইমা কৌই। খঙদবা মীনা হংলদি মহোয়গী মচানি হায় খুশ্মী। লংফৈদা মহে তম্বা চৎশ্রিবা অনীদুনা অহনগা য়াইমগনি। তোয়াইনা অতোনবনি হায়। মদু খঙদবশিংদুনা থাজে।

গোকুলগী মচা নীপা অনীনা ছুটি থোরকপদা তোয়াইবু পোক্ত পোকমিন্নবা মনাওগুম লোয়নৈ। পুন্না চামিন থকমিন্নৈ। হৌনদুনা কুমহে য়েংবা চৎমিন্নৈ নোংমা ফাদোকসু। খোঙউপ, খোঙগ্রাও, ফুরিৎ চপ মান্ননা থোল্লি, শেৎ চায়। কনানসু পোকমিন্নদবনি হায়বা থাজদে।

তোয়াইনা লৈরিবা মরৈ, শেৎলি চারিবা মওং, মশা নানবা, য়েংবা য়াবা শকফম, শাবান মূর্ত্তি ফজবা, থবক ফবা, মী লৌতান্নদবা পূন্নমক অসি খ্বাইনা কল্লক্লে। লৈকাইগী মীনা ঙাঙনৈ, নুপামচাসি চঙখোনখ্রেদা, রাশীনা রাশী লৈরিবা, নোকফেৎ নোকফেৎতা তৌদুনা লৈ, শাউবসু নোংমতা উদে। মরমবু ওহ্মোক্ল ওকখ্রে। লাইরিকসু চৎনবা য়ানা ফৈ হায়নে। হেক লাকপদৈ চহী ১ তা পন্দে পরীক্ষা ঙমলেতা মহায়।

অহনজাওনা তোয়াইবু পুদুনা অহানবা লাকপা মতমদা ফুরিৎ মচু থোক্তবা শিথরবা অপাবা অমা লিৎ, খোঙগ্রাওনি হায় শেৎলকইদুসু লংজমগী রিক্সাবালানা শেৎপনা হেন্না ফৈ হায়বা য়াই। খোঙউপনি হায়না তোংলকইবা অদুসু ফোৎপা য়ামখৈ ফোৎলে, পয়সু ইপয় পয়রে। গোকুলগা রানীগা তানদুনা মচা অনীনা শেৎলম চারম্বা খোঙউপ, খোঙগ্রাও, ফুরিৎ পুথোক্তুনা চাব্রা য়েংহল্লি। লোইনা চায়। অমনবনি হায়বৈ বাতনি। তোয়াইনা শেৎলক চারকপা অদুদৈদি হনবা ফবা হেল্লি। খোঙউপ খোঙগ্রাও, ফুরিৎতু মাবু শেৎলু হায়, পীবদা তোয়াই কয়াম হরাওই।

গোকুলনা মচাশিংগী ফিরোল থোনবদা তোয়াইগা মচা অনীগা চপ মান্ননা থোল্লি। তোয়াইবু অতোপ্পগী মচানি খন্দে। মঙোন্দা ইচা মীচা নাইদে। রানীসু অদুগী অদু মঙাই। তোয়াইনা গোকুলগী মতেং পাংবত নত্তনা ছুটি থোকপদা চাকখুমগী থবক চাক ঈশিং থোংবা থাকপা য়াওদুনা রানীগী মতেংসু পাংই। মসুন্না গোকুলগী ময়ুমদা তোয়াই লৈরকই। পূন্নমক অসি উবদৈ ময়াম্না তোয়াই অসি গোকুলগী মচা অপোকপা ওইবা তায় হায়না হায়নৈ। মানা লৈরকপা অসি চহী ৫ রোম শুজিল্লক্লে। তোয়াই লমচৎ শাজৎ খরদা অহোঙবা অমা লাক্লে। মহৌশা য়াহৌ ঙল্লম্বা অদুদি অদুম মঙল্লি। অদুবু য়াহৌবগা মচীন ময়া শেংদোক্লগা থোকখি। চাকচাবা মতমদতা হনজিল্লকই। চাক চাবা তোক্লগা অমুক চৎখি। নুমিদাংগী চাবা মতমদা অমুক হনজিল্লকই।

গোকুল অমদি রানী ৱাগী মচেৎ অমতা ঙাঙদনা তোয়াইগী মওং মতৌ য়েংদুনা লৈরম্মী। গোকুলগী থবক পাংবিবা তোকখিবতা নত্তনা রানীনা তোয়াইগী সেবাদুম তৌরে। মহোয় অনীনা তোয়াইনা তৌরিবসি করিনো মহাক্না করি পামজিবনো হায়বদু হংলসি হায়না লেপনরে। নোংমা মানা থেঙনা হল্লকপা নুমিৎ অমদা মখোয় অনীনা হংখি।

তোয়াইনা "ঐ কলেজগী ভোৎ লেপলি। ভোৎ খোম্বা চৎপদা মতম শংদদুনা ইমা অমদি পাবুংগী মতেঙ পাঙবা ঙমদবনি। পাবুং ঐবু ৱারৌবিনু।" হায়না খুমখি।

তোয়াই কলেজগী ভোৎ লেপলে। মহাক কারে। কলেজ ইউনিয়নগী জেনেরেল সেক্রেটরী মানা ওইরে। অদুবু তোয়াই নীংবা কায়রে। মানা খনজরম্বা অদুগী ওন্নতৈনবদা লৈরমলে। কলেজগী ফংসন থোরকপা খুদিংদা মাগী মগুন তৌবা ঙম্বা উৎচগে খল্লম্বনি। কলেজ ইউনিয়নগী শেনফম অমতা লৈরমদ্রে হিসাব মফম মরাং অমতা খঙলমদ্রে। কলেজগী ফংসন খুদিংমক মতম খরা লেপখিবা তারে। তোয়াইনা খনজরম্বদি ফংসন ময়াম শিন্দোক-শিনজিন্দা শেল খপ্পা য়ানিসিনি। শেলদুনা মাগী ভোৎতা চঙখিবা শেল শিংবা কোন্নগনি খনজরম্বনি। ছাত্র ওইরিঙৈদা ভোৎ লেপ্পা হায়বসে গোকুলদি সুপয়া য়াদবনি। ভোৎকী খরচকীদমক মমান্নবী ছাত্রী লৈশাবী খরদৈ সনা খুদোপ নায়ানবী বন্ধান থমদুনা শীজিন্নখিবনি। অদুগা মমান্নবা শকুনিদৈসু লুপা লীশিং ৫ পুবনি। শকুনি মশামক্কী শেল্লা নত্রগা মতৈমগীরা খঙদে। শকুনিনদি মতৈমগীনি হায়। শেন্দোই হাইফেৎ ৱাংঙি পোৎ থমদবনিনা।

তোয়াই মশক উখিদ্রে, তোয়াই লোৎখ্রে, তোয়াই থিবা ফংদ্রে। নোংমা ভোৎ লোইশ্লবা মতুং নুমিৎ ২০ নি শুবদা লৈশাবী মচা অনীখক ওঝা গোকুলগী য়ুমদা লাক্লম্মী। মখোয় অনীনা গোকুলদা হংঙি।

"পাবুং মসিবু তোয়াইগী য়ুম ওইরব্রাও?"

"মান্নি মান্নি ইবেম্মা। তোয়াইবু করিগী হংবনো?"

"মাবু অমুক্তা উনজনীংবা?"

"করিগীনিনা?"

"পাবুংদদি হেক্তা শেংনা হায়দোকচরগে। সুম তৌবা জাৎনি পাবুং। মানদি খ্বাইগা মান্নদেদো মবুক মপাউ য়াম্না ফবদুদা মাগী ভোৎ ঙকয়াদা মানা শেল লৈরগনা শেল ওইনা লুপা লীশীং ১ তা থংবিয়ু লৈত্রগনা মীঙোন্দা বন্ধব থম্বা য়াবা পোৎ ওইনা পীরবসু য়াই। ইমাগা পাবুংগনদি ভোৎ লেপ্পা সুপয়া য়াদে হায়বদুদা ঐখোয় অনীগী ঐগীনা স্না খুদোপ মোহোর অমগী মাগীনা নায়ানবী মোহোর গী লৌখি। ইমা

পাবুংগদি খঙহনবা য়াদে। ভোৎ লোইবা মতুং নুমিৎ ১৫ হেক লৈরগা শোয়দনা হনজিনবিরক্কনি হায়রম্বা। অদুদা ঙসি ফাওবা মশক উদ্রবা অদুদা লাকচরিবা। অদুগা ঐখোয় ঐখোয়গী ইমা ইমানসু পোৎতু পুরক্ত্রিমখৈ হনজিল্লকপা য়াদে হায়রবা।"

গোকুলনা "ইবেম্মা মাদি কলেজগী ভোৎ লোইখিবা নুমিৎতৈ ঙসি ফাওবা য়ুমসিদা হনজিল্লক্ত্রে। থিবা চৎপীনবা মী পোংসু লৈজদে। মাগী য়ুম অশেংবদি ফৌগাকচাউ ঈথায় হায়বদুদনি। মাদি নুংশিদুনা ঐখোয়না ইচাগুম্ য়োকচবনি। মাগী ময়ুম অশেংবদুদা ইবেম্মাহোয়না চৎতুনা হংলুগদবা মঙাইরে।"

লৈশাবী অনীদো তৌফম খঙদা নীংবা কায়দুনা হনখি। মথংগী নোংঙানবদা অমুক শকুনি লাকই। হেক লাকপগা মানা গোকুলদা "পাবুং তোয়াই লৈত্রা?" লৈশাবী অনীদুদা খুমখিবা অদুগা চপ মান্নবা খুমখি। করিগীনো হায়না হংবদা শকুনিনা হায় "পাবুং মানা ভোৎ লেপ্লা অদুদা মীনা কাখিবা তারে লুপা ৫০০০ তা পুবিয়ু হায়দুনা ঐনা জামিন য়াদুনা ইতৈমদৈ লুপা লীশীং মঙা পুখি। থা মখায় অমগী মনুংদা শোয়দনা শিং গনি হায়রম্মী। মশক উখিদবদুদা মদুইদমক থিজরকইনি। মা হেক থিবা ফংদ্রবদি পাবুং ঐনা শিংবা তারিবনি।" শকুনি তোয়াইবু থিবা চৎখ্রে।

গোকুলগা রানীগা তোয়াইগী মরমদা খন্নব্রি। গোকুলনা হায়কই "নুপামচাদো মরমদি ওকখ্রবনিদা। শেম্বা থোক্কনি খল্লম্বনি। অদুবু য়াখিদ্রেদনা। হুইনাও মচা চাল্লগা লৈতোন লেকই হায়বদু হেক থোকইদা।"

রানীনা "অদুবুদি লফু মতুপফাও কোনুংদা লাক্লবদি ফি শেৎকে হায়রকই হায়বা পাউরৌদো চুমখ্রপোৎনি।"

# লোইবী চীংদোমপোক

লোক্তাকনি। মনিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা অমতা ঙাইরবা পাৎ। লোক পুন্নমক্কী তান্নফমনি হায়দুনা লোক্তাক কৌখি। অচৌবা পাৎনি।

লোক্তাক কোয়বা চৎলি হি তোংদুনা। ঈশিং কংবা নাইররোইদবা লোক্তাক পাৎনি। কয়াম লুবা খঙদে। হিহোনবৈ অশাংবা বা চৈশাং অদুনা লৈপাক ফংবা ঙমদে। য়াম্না লুই। লোক্তাক ঈপাক্কী পাক চাউবগী, ঙমখৈগী পংখৈদি মিৎনা তাম্বা লম। লোক্তাক ঈপাক্কী ফজবা থাদুনা লোইবা ঙম্বা নত্তে। চপ চানা ফোঙদোকনবা ব্বাহয়সু লৈতে।

শেন্দ্রা চীংখোঙদৈ হি তোংদুনা চৎলি ঐখোয়। শেন্দ্রাদৈ থাঙ্গ, ইথীং, কারাং মথং মথং হিদু চীংয়া নকলপ হোন্দুনা চৎলি। য়েংলু য়েংলুবা খুদিং মিৎফম হোংবা য়াদবা ফজবা ঙাক। মহৌশাগী ফজবা ঙাক। অরাপ্পদা উরি খাংপোক মচা মচা ঈপাকথক্তা তাউদুনা লৈবা। মদু ফুমশঙনি হায়। শঙ মচাশিংদু ঙাফাবা হিরোয়শিংগী ময়ুমনি নুপী অঙাং য়াওনা লৈবা। কাঙলুপ ওইনা লৈরিবা ফুমশঙগী মী মশীং য়াম্মী। চাউরাক্না

মীশীং লীশীং ৪/৫ রোম লৈ হায়। মখোয়গী শিনফন্না ঙা ফাবনি। ঙা ফারগা ঙাদু য়োন্দুনা হিংজবা মীওইনি। মখোয়গী শেন্দান লম্বী হায়ববু মদুনা লোইরে। অতৈ অতোপ্পা অমা লৈতে।

নুপীনা হি হোন্দুনা চৎলি। মখোয়না চৎলিবদু মোইরাং কৈথেল কাব চৎলিবনি হায়। নুপী খরনা হৈকক, য়েল্লীনচিংবা হেকলি হি তোংদুনা। খর অমনা হিথক্তা ইল চীংলি। ঙা ফারি। পৌরা করাঙদা লোনশিন ইলদু শোল্লি। হিদু চৎলি লেঙলি ঈশিং ঈপাকথক্তুদা। নুপীনা কয়াদা হৈশিংনা হিথক্তা ইল চিংদুনা ঙা ফারিবা। মখোয়গুমনা হে শিংবা অতৈ লৈবাক্তসু লৈরিদ্রা?

নুপাগী কাঙবুনা অমুক করি তৌরি? লাং থাক্তুনা, লাং হুন্দুনা ঙা ফারি। মদুসু হিথক্তা ঙাকনি। উচেক ফাবসু য়াওরি। উচেক মরুম থিরি খরনা তৌ শিকনাং ফাক ফাক্তুনা। লোক্তাক ঈপাকসে ফুমশঙদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মীওই কয়াগী চঙজফম পীরি, থাকপীরি। লোক্তাক ঈপাক্পা মখোয়গী থবায়নি মখোয়গী পুন্সিনি।

নুমিদাংবাইরমগী মতমদা শংবান্নরবা অতিয়া তম লোক্তাক ঈপাক্তা চাক্তারম্বা উচেক মপয় মপয়, শঙ্গু শঙ্গু পাইবা কয়াদা ফজখ্রবা পুক্নীং হুনঙাই ওইখ্রবা। লোক্তাক্কী ফজরবা দৃশ্য ময়াম অসিগী মরক্তা অঙকপা থৌদোক কয়াসু য়াওদবা নত্তে। ঐখোয়গী লোক্তাক খোঙচৎ হৌরকান থাঙ্গ চীংদা ঙহাক পল্লি। থাঙ্গদৈ খরা চৎলগা থাঙ্গগী অৱাং থংবা চীংমায়দা তারিবা খুল অদুগী য়ুম অমদা মাইক হৌনা খোংলি।

হিরোই অদুদা ঐনা হংঙি "খোংঙিসিবু করিগীনো? লুহোংগদবা য়াওরিব্রা, নত্রগা শুমাঙ লীলা তৌদৌরিব্রা, খোংজোম পর্ব্ব পেনানচিংবা তাগদৌরিজাৎলা?"

হিরোইদুনা খুম্মকই "বাবুনী ঈশৈ নোংমাই, লীলা ফালানচিংবৈ নত্তে। লুহোং খোঙদোংবৈসু নত্তে। মী শিবৈ খোংলিবনিনে। ওয়্বোক্ল নুংঙাইতনা শিখ্র জাৎনি। নাদুনা শিবসু নত্তেনে। শিরিবা অসে নহা পাখংনে পাখং। ঙরাংতা ঙা ফাবা য়াওরম্মে হায়। অদুগা ঙসি অয়ুক্তো মায় ফম্মুংদা শিদুনা লৈরম্মে হায়য়ে। অদুদা মমা মপানা পেনজদদুনা তৌরিনিদা বাবুনী।"

"মাইকসিদি কয়া কুইনা খোংদৌরিনো?"

"মশা তুমদ্রিফাও খোংলনি। ঈশৈ নুংঙাই নুংঙাইবা নহারোলনা পাম্বমখৈ খোং দৌরিনি। অঙম্বা মীনা পেননবা অদুক তৌবা ৱানিদা। লাইরবা ঐখোয়নদি অসুন্না তৌবা ঙম্বা ৱা লৈতে।"

লৈরক অমা শৈশক অমা, লৈকাই অমা ৱাঙাং অমা, খুল অমা চৎনবী অমা হায়বদু ওইরে। লম অদুগী চৎনবীনি মাইক খোংলিদু। কৈসু ঙকনীংঙাই লৈতে। হিদু

লেপ্পা লৈতা হোনবনা কারাং চীংখোঙ য়ৌরে। কারাং চীংগী নোংচুপ থংবা মায়কৈদি হিথাংফম ফজ ফজন লৈ। কবোকং খর হৌবদু নত্তনা ইকোক কোকই নোংপোক থংবা মায়কৈদি হিথাংফম লৈতে হিরম লৈতে। লাপনা উবদদি নাপীগুম উবদু লকশিল্লবা কান্দদি হি হোনবা য়াদবা তৌ লাংনা কুঙনা হৌদুনা উমং ৱামংগুম্না লৈরম্লে। হি হোনবা য়াদ্রে। হিমায় লয়দুনা হল্লক্লে। নোংচুপকী তোর্বান্দলোমদা লাক্লে। অদুদৈদি অৱাং পাং না হাইগৎলে।

ফনা থাপনা ঐখোয়গী হিদু হোল্লে। লোক্তাক্কী ঈথক ইপোমগী ফজবদি হেনগৎপা নত্তনা হম্বদি লৈতে। কারাং চীংদু কোয়না থুংনা চৎনীংবনি। অদুবু হনবদা তাখ্রে। হিরোইনা য়াদ্রে। নুংশিৎ তারক্লনি হলহৌবনা ফরনি হায়রে। নুংশিৎ তারক্লবদি খুদোংথীবা নংবা য়াই। হলহৌরসি হায়না তোয়না হায়রে। হনবদা তাখ্রে।

কারাং চীংগী চীংখৈ ওইরপ্পা চীংদুম মচা অমা লৈ। চীংদুম অদু য়ৌনীংবনি য়েং নিংবনি। অদুবু হিরোই অদুনা হল্লসি নুমিৎসু য়াম্না থেংজিল্লক্লে হায়দুনা হিমায় লয়খ্রে য়ৌদবা তাখ্রে। বাবুনী হয়েংমুক লাকপদা য়ৌরসি শাউরনু হায়রে। হিরোইদুনা চীংদুগী ৱারী অমা লৈ। ৱারী অদু লম্বী তেন্নবা বাবুনী হোয়দা ঐ লীজগে হায়দুনা হিরোইদুনা ঐখোয়দা হায়।

হি হোন্না হোন্না হিরোইদুনা ৱারী অদু অসুন্না লীথরকই ঃ

চীংদুম মচা অসিগী মমিং চীদোমপোক কৌই। লোক্তাক ঈয়ায়দা লৈরিবা চীং শেন্দ্রা, থাঙ্গ, ইথীং, কারাং ঙন্না খুন তায়। চীংদোমপোক্তি মী তাদে। মী তাদবৈ মরম লৈ। মরমদু ঙসি বাবুনীহোয় ময়ামদা লীবা তারি।

অহল লম্মন ইপা ইপু নোঙ্গাম্রবশিং অদুনা লীরম্বা ৱারীনি। ঐখোয়না উরু খঙলুবা নত্তে। চীংদোমপোক্তা মী তাদে খুন তাদে। অহলশিংনা চীংদোমপোক অসি খুন তাদে। ঐখোয় খরা তারুসি। ঙা ফাবনচিংবসু খুদোংচাগনি হায়দুনা মখোয় খরা হৌনরগা য়ুম ৫/১০ শাদুনা লৈরুই হায়। খরা লৈরগা লীন অচৌবা অনী থোরকই। লীন ২ দুনা চীংদু থুংনা কোয়না কোয়না চৎলি। অঙাং নুপী, মী পোংদা কৈমতা শোক্তে। নুমিৎ খুদিংগী মহোয়গী মথৌ কায়বা য়াদে হায়বা মতাগুম কোয়চৎ চৎলি। অসুন্না লেপতনা তৌরকপনা মীশিংদু কিনদুনা চীং অসিদা লৈখিদে চেনখি হায়। ময়ুম মকৈ লোইনা হন্দোকলম্মী অমতা পুখিদেসু হায়নে।

চহী খর হৌখ্রবা তুংদা খরনমুক খুন্দাগনি হায়দুনা ময়ুম মকৈ নৌনা অমুক শাগৎতুনা লৈখি। কাঙবু অদুসু হাম্না লৈরম্লগা চেনখিবা অদুগুম্না লীন ২ দু থোরক্তুনা চৎলবদৈ কিদুনা চেনখি লৈখিদে হায়। চহী খরা লৈরগা অমুক মী খরনা খুন্দানবা

হোৎনখি। মদুসু হান্নগী কাঙবু অনী অদুগুম লৈবা ঙমখিদে। লীন অনী অদু কদায়দগীনো হেক্তা থোরকই হায়।

নহারোল পাখং মচাশিংনা অহল লমনগী ৱারী তাবদৈ মখোয়না চীংদোমপোক্তা তত্তনা চৎলি। খোই চোম্পা, য়েনশাং থিবা চৎপদা চীং অদু হেক হেক য়ৌই। চীং অদু থুংনা কোয়চৎ চৎতুনা য়েংবদা লীন ২ অদু খক থেংনদে হায়। লীন ২ অদুনা থোরকইসি চান্নরনা মী খুন্দাররবা মতমদদনি। মীবু লৈত্ৰবদি হেক্তা মাঙখিবা জাৎনি।

অহল লমন ময়ান্না অসুন্না ঙাঙনৈ লোয়ৱী চীংদোমপোক অসি ইবুধৌ পাখংবৈ অশেংবা খুভম ওইবা তায়। অদুননি চীং অসিদা মী তাবা য়াদ্রিবা।

চীংদোমপোক্কী নোংপোক থংবা চীংমায়গী ময়াইৱাইদা উপাম্বী কয়া চাউদবা অমা হৌরি। মনাপুংবা উপাল নত্তে। পাম্বীদুসু কয়া চাউদে। মশা অনীতা লোঙঙী। পং ৱাংসু ৱাংদে। উপাম্বী অদু করম্বা মতমদৈ হৌখিবনো কনানসু হায়বা ঙমদে। হেক খঙলকপদৈ অদুম হৌরম্লে হায়নৈ। উশা অনী অদুদা পাল্লিবা উনাদি য়ামদ্রবসু কুংঙি ইশং শংঙি। ঐখোয়গী মায়োন খুদিং উশাগী মওং মতৌ খেন্নৈ। মূর্ত্তি তোঙাল তোঙাল্লি। শক্তম তোঙাল তোঙাল উহল্লি। অমগা অমগা মান্নদে। মসিমসু চীং দোমপোক্কী অঙকপা অমনি।

অসুন্না হিরোই অদুনা ঐখোয়দা চীংদোমপোক্কী ৱারী লীখি। ৱারীদু তাবদৈ চীং দোমপোক য়ৌনীংবা চৎনীংবা হেনগৎলকখি। চৎখিগনি য়ৌরুখিনি চীংদোমপোক।

*তাং ১২/১০/৯৬ ইং*

# মসিবু কনাই মরালনো

লৈমা চহী ৩৭/৩৮ লোম শুরম্বা য়ারে। মহাক্লা চহী ১৮ শুরকপদা লুহোংদুনা লাকপনি। মপুরোইবৈ মমিং ধর্ম্মসিং কৌই। ধর্ম্মসিং মমা মপাগী ইতোন তোনবা মচানুপানি। অতোনবনি হায়দুনা মমা মপাগা কোন্নদা লৈ। ময়াম্বা অনীমক থবক তৌখ্রে। তলব চাবা অফিসারঙাক ওইখ্রে। তোঙান চাখ্রে। ময়ুম মকৈ তোঙান্না শাদুনা লৈখ্রে অনীমক।

ধর্ম্মসিং অতোন অতাংনি হায়দুনা মমা মপানা খর লুনা তৌই। মানা হায়বতা য়াই অফববু ওইরবসু ফত্তববু ওইরবসু। অদুনা তোনানবা হায়বসে মশানা তারবনি। মহৈ মশিংসু ময়াম্বশিংদৌনা তমহৌদে। মেত্রিক্তা চহী ২/৩ ফেল ওইখ্রবনি। অরেম্বদা চহী কয়া মাঙখ্রবনি। অদুবু মমা মপা অনীমক হিংলিঙৈগী মতমদা উচিন নাচিন্না মেত্রিক্তি লাম্ব্রোকপা ঙমহৌই। মখাদি তমথখিদ্রে।

অসুক কুইবসি ধর্ম্মসিং থবক শুদে শিন অমা পায়বা তৌদে। শন্না হায়রবদা শেল থোকপা থবক অমতা মহাক তৌবা লৈতে। থবক শুদনা নোমদনা অরৈ অরৈবা কায়দুনা চারকলি। অসুম চাশিল্লকপনিনা মমা মপানা মাগীদমক থম্বীরম্বা লল থুম, লৌ-শিং

লোইশিল্লকলে য়োন য়োন চাবদা। ধর্ম্মসিংগী লমচৎ থবক শুনীংদবা, নুংঙাইবা পাম্বা, পূম্নমক অদু উবদা ময়াম্বা অনী অদুনসু হন্না য়েংবিদে। মাগী মচা অনীখক লৈবদুসু নীংথি নুংঙাইনা মহৈ মশিং তমহনদে। স্কুলসু কাহন্দে। মখোয়না লৈরিবা য়ুম অদু লাইখন তাবা, উনা শাবা, ইনা কুপ্লা য়ুমনি। মমা মপা হেক লৈখিদবদৈ মনা শিল্লক্ত্রি। নোংশাথীনা য়ুরে। ফক্লাংসু ইকায় কায়রে, ইহো হোরে। চানবা ৱাৎশিল্লকপদৈ লৈশিল্লক্তবদে লৈমা অমসুং ধর্ম্মসিং নুমিৎ খুদিং খৎনরকই। খৎনরকপৈ মরম সুপলৈ লৈতে। মরম হায়ববু চানবা লৈশিল্লক্তবৈ ৱানি। ধর্ম্মসিংনা পংশাউতা মশাউই লৈমা তৌফম খঙদে। পোৎ চৈ, য়োনবা শিৎপা, য়াবা মখৈ য়োনথোকখ্রে। ইমুংদুদা অরংবা কোল মচা অমফাও লৈশিল্লক্তরে।

তোতো মচানুপা অহলনি। লৈতবদৈ স্কুল নীংথি নুংঙাইনা তমহৌদ্রে। নিপাল শুবা ফাওবতা মতমহৌরে। মচানুপী ইবেচাদি স্কুল তম্বা মতম য়ৌফাৎত্রি পীক্লি। তোতো চহী ১৬ লোম শুরম্বা য়ারে। চানিঙাই লৈরক্তবদৈ মীগী রীক্সা থৌরি। নোংমগী ফংলকপা খরদুনা চেঙৱান চারী। অসূন্না লৈরকপসি ফনা কুইরে।

ধর্ম্মসিংনা নোংমা নুমিদাং মচা অনীনা তূমখ্রবা মতুংদা লৈমা কৌথোক্লগা মখোয় অনী ৱা তান্নে।

ধর্ম্মসিংনা হায়রকই "লৈমা! ঐসু তাদহোয়গী মমাঙদা ইকায়রে। ঐগীসু অহল লমন্না শরূক চপ চানা তম্বীরম্বনি। ঐনা ওক্তবদৈ, থবক শুনীংদবদৈ ঙম্ন তুমশিল্লক্লে। অঙাং নুপামচা তোতোসু স্কুল নীংথিনা তমহৌদ্রে। মানা মীগী রিক্সা থৌরগা থাকপা অসিসু ইকায়বা অমা য়াওরে। মমান্নবা পূম্নমক মহৈ তল্লি। অঙাং মানা শেল তাল্লি। ইমান্নবৈ মমাঙদা ইকায়বনা মায়সে থমফম লৈশিল্লক্লে। ঐ লংফৈদা শেল তানবা চৎলগে হায়না চপ য়ুংনা খল্লে। নঙনা করি খল্লিবা?"

"হৌজিক্তা ভাব তাবিরক্লবোরে। নহান্না ঐনা হায়বা ইনবিরম্লবদি সি কদায়দৈ থোক্কদগে? লংফৈদা নঙবু করি শুদুনা শেল তাল্লুদৌরিনো?"

"সুৱাইদৈ মী য়াম চৎনৈ। ঐনা পাউ ঙম্না লৌরবনি। য়ুম শাবা, চ্যেক শুবা অতৈ অতৈ শিনফম কয়ামসু লৈরি। ঐনা হৈনগদবা ঙাকনি। মদু নত্তবা লৈবাক তৌবা থোনবা, নুং থুগাইবা, লম্বী শেম্বা তৌবা য়াই। অরুবা থবক নত্তে। শক খঙনবা মী অমতসু লৈরমলোই মীরমনিনা অদুনা কৈসু ইকাইনীংঙাই লৈতে। ঐ লাইবক চাং য়েংলুরগে হায়বসে লেপ্লবনি। করি হায়গে?" হায়না ধর্ম্মসিংনা লৈমদা হংঙি।

লৈমনা "নপোকচৈঙগী য়োৎলৈ অমা কাঙলক্তবা, শীংমচেৎ অমত্তা খায়রক্তবা নঙনা করম্না থবক শুরুগদৌরিবা? নঙ চৎখ্রগা ইমা ইচা ঐখোয় অহন্না কমদৌহৌবা?"

লৈমগী ব্রাহংগী পাউখুম ধর্ম্মসিংনা পীখি অসুন্না " তোতোনা রিক্সোগী থবক্তু অদুম তৌসনু। নঙসু নমান্নবা অতৈগা তানৌ। শেল্লেপ য়াওদনা শেল তানবা য়াবা থবক থিয়ু। যোগালি ওইবা, লৈঙোই পেকপা, নুং মচা খুনবনচিংবদি শেল্লেপ য়াওদসু য়াগনি। উপায় লৈরকত্রবদি থবক্তা চিলহাও থিবা য়াদে। অফং অফংবা থবক তৌবা তায়। তোতোগী মতেং ওইনবা অমা তৌশিল্লো। অদুম তৌরদি নমা নচা নখোয় অহুম চারা অনীদি চাবা কোন্নগদ্রা খল্লি।"

অসুন্না ধর্ম্মসিং অমসুং লৈমা অনী ব্রারেপ্পদুনা ধর্ম্মসিং লংফৈ চৎখ্রে শেল তানবা। লৈমা অহানবদা লৈঙোই পেকপা নুং মচা খুনবৈ থবক তৌরম্মী। শিনফম অদুদা চহী ১/২ তৌরম্নগা মাগী থবক হোংখ্রে। পাকাই য়ুম শাবদা চ্যেক হোনবা, ঈশিং হোনবা, হিদাক তোৎপনচিংবগী থবক পায়খ্রে। নুমিৎ খুদিংগী তৌদুনা লাক্লবনিনা খুৎলোইবসু হেল্লে। মিস্ত্রিনা লৈমনা তোৎপা হিদাক্তা চ্যেক শুবা নুংঙাই হায়রকলে। হান্না লৈঙোই পেকলিঙৈ নুং খুল্লিঙৈগী শেন্দাল লম্বীদৈ হৌজিক্তা শেল থোকপা হেল্লে। শেল খরা থোক্লদুনা মমা মচা মখোয় অহুম মরেক মহাও খর খর থোকচরে। চরা অনী চারে। মরক মরক্তা ঙা থোংবা চাবা ফংলে। ঙা থোংবা চাবা নুমিৎতা ইবেচানা কয়াম হরাওই?

হৌজিক্তি লৈমা মহৌশাগী পোমফ্রি শেৎপী হীকমাবী হায়বদু ওইদ্রে। মশা নাল্লে। খুদৈ মতুপ অমতং ইনজরসু তরু তরু ঙৌনা ইল্লে। নোং হেক ঙানবগা চাকঙন চাদুনা মচানুপা তোতো অমদি লৈমা মাগী মাগী থবক মফমদা চৎনখি। লৈমনা চৎপা. মফম খুদিং পীকলিবী মচানুপী ইবেচাবু হেক হেক পুদুনা চৎলি। মমানা থবক শুরিঙৈ ইবেচাসু মতোমতা শান্নদুনা লৈ মমানা থবক থাদ্রিফাও।

হন্দক লৈমানা থবক শুরুগদৌরি অসি লৈননবা য়ুম শাবা মফমদা নত্তে। সরকারগী অচৌবা শঙলেন অমা শারিবা মফমদনি। শঙদু শাবদা য়ামদ্রবদা চহী ২ রোম চঙলবা য়াই। শঙলেন অদু শাবগী ঠিকাদার মঙ্গীবাবুনি। মঙ্গিবাবুনা ঠিকা লৌদুনা শারিবা শঙ অদুদা লৈমসু যোগালি ওইনা য়াওদৌরি। শঙদু শাবা খর থুনা লোইগদবা মরম্না অশুমন খরা চাউনা ফংলবা য়াই হায়না ঙাঙনৈ ময়াম্না।

হৌজিক লৈমাগী ইমুং নিং নিং পানখৎচরক্লে। মচানুপা তোতোসু নোম্বা কল্লি। লৈমসু কল্লি। লৈমা অশুমন নুমিৎ খুদিংগী লৌবৈ মহুৎতা তুংশিল্লগা চয়োলগী ওইনা লৌরক্লে। থা অমা অনী তুংশিনজরগা চেঙ বেগ অমা ব্রানবা ওক্লক্লে। অসুন্না চেঙ, হব্রাই, থাউ, পুন্না পুন্না লৈশিনজদুনা য়ুম পানবা ঙম্নবা লৈমা হোৎনজরি। মপুরোইবা ধর্ম্মসিংনা শেল তাল্লুনি হায় চৎখিবা চহী ৫ পূরা ফাজিল্লক্লে। অসুক কুইরবসি চিঠিনচিং বা অমতা ইরকপা তৌদে। মাগী লৈফম্নচিংবসু তাকলক্তে। ব্রাফমসি লৈমা খল্লুদনা

লৈঘোকপা ঙমদে। নুমিদাং তূন্নমদাইদা হেক খল্লকই মহাকপু শিখ্রবরা নত্রগা হিংলিগদরা? ব্রাহং অসি তোয়না তোয়না মতোমতা হংজে।

ইবেচাই মমা লৈমনা অহানবা থবক শুরুবা ইমুং অদু নুংঙাই য়াইফবা ইনাক খুনবা ইমুংনি। মন্ত্রীরা, অফিসার অচৌবরা, ঠিকাদার শেঙ্গাও পায়বরা, থানাগী বাবু অচৌবরা খঙদে। নুংঙাই য়াইফবা ইমুংনি হায়বসিতনি। মচা মশু অয়াম্বা অপীকপনা ইউনিফোর্ম শেৎপা, টিফিনগী দাবা পুবা, খাও ফজবদা লাইরিক হাপতুনা পুবা, স্কুল কাবা কুম্বা অনীমক্তা কারনা অঙাং থিনদোক থিনজিন তৌবা ইমুংনি। অঙাংশিং অদুনা স্কুল কাবা কুল্লকপা মতমদা তৌবা পূন্নমক্তু ইবেচোনা মরুমদৈ লোন্না চেপথা চেপথা য়েংজে। ময়ুমদসু মপনধৌ অমদি মপন য়াইমৈ মচাশিংনা স্কুল কারমদাই অমদি কূল্লকপদা তৌবগা চপ মান্নে। খেন্নবা থোইনা লৈতে। মখোয়দু উবদৈ ইবেচো স্কুল তমনীংঙি স্কুল কানীংই। অদুবু মাদি তম্বা ফংদে। স্কুল কাদে। মথৱাই নুংঙাইতে।

নোংমা ইবেচোনা মমাদা হায় "ইমা! ঐ স্কুল তমনীংঙি। ইমা! ঐ স্কুল তমগেবা হাঃ ইমা।"

লৈমা তুমিন লৈ। পীক্লিবী মচা নুপী ইবেচোগী মফমদা করি পাউখুম পীগনি? মঙোন্দা লুনা থোকখি। মমিৎতা পিগী ঈরা চেন্না তপ্পা খুমলকই "ইচাবু করিগী স্কুল তমদদগে। তম্নি নপা লাক্লগা। নপাননে ইচাইদমক পৈশা য়াম পুরক্কনি। মদুনা ইচাই লাইরিক লৈনি, ইউনিফোর্ম ফজবা তুগনি। ইউনিফোর্মদু শেৎলগা খাও ফজবদা লাইরিক হাপতুনা পুরগা নপানা থিন্দুনা স্কুল কাদৌরিনি। ইচাবু করিগী স্কুল তমদদগে? ইচা লাইরিক তম্নিদা।"

মমাই ৱাদু তাবদা ইবেচো হরাউজে। মোমোন নোকই। "ঐসু ইপনধৌ ইপনয়াইমগী মচাশিংগুম তমনিকো ইমা। ঐসু পাজিনা থিনবিগদবা স্কুলদা। ইমা! স্কুল ফজবদা তমনিকো। বেশ নুংঙাইরে।"

হৌজিক্তি লৈমা তরু তরুনা মফি মরোল শেৎ চারে। ক্বা চপ চপ শায়রদুনা মখুৎতা খাউ অমা য়ান মখুৎ নামনা ইবেচোই মখুৎ শম চৎলি নুমিৎ খুদিংগী থবক শুফমদা। য়াল্লিবা খাউ অদুদা য়াওরি, ফনেক, ফুরিৎ, খ্বাংজেৎ, কোকশেৎনচিংবা থবক শুবদা শেৎ চানবা। থবক শুবা লোইরগা মখোঙ মখুৎ শেংনা হামদোকই। লোইরগা ঙসাই অয়ুক লাকপদা শেৎ চারকপা অদো অমুক শেৎচিল্লি অদুগা থবক শুফমদৈ থোকখি। মাবু উবদা কনানসু অমোৎপা থবক শুরুই থাজদে।

লৈমা মীওই মীতৌ ফজে, চাউ শাংঙি। কুচু পুলৈ কুচুনি। য়াম্না ঙৌৱসু নত্তে, মুবসু নত্তে। চুং ফিরাল চাবী হায়বা য়াই। রাশী লৈ। মাগী মমায়দা খ্বাইদৈ ফজবা পুক্নীং

হুনিংঙাই ওইবদি মহাক্কী থম্বাল মানবা মিস্না অনী অদুনি। মাগী মিথয়েংদনি ঠিকাদার মঙ্গীবাবুনা ঙাওরিবা তুম্বা হিপ্পা চাবা চঙত্রিবসি। তানজা ঙাইদুনা লৈরি মঙ্গীবাবু অমুক্তং দি হায়দুনা। নোংমা শেন্নহৌদবা মিকুপ অমদা মঙ্গীবাবুনা ঙাইরিবা তানজা অদু ফংখি। নুমিৎ অদুদা মঙ্গীবাবু মী ওইখিদ্রে শা ওনখ্রে। লৈমগী নুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু লায়না মাঙহনখি। মঙ্গীবাবু মশাগীদি নীংবা থুংখ্রে। লৈমগীদি মশাগী ইজ্জৎ মাঙবৈ নুং ঙাইতবনে মচা অনীগী অমদি লংফৈদা শেল তানবা চৎখিবা মপুরোইবা ধর্ম্মসিংগী খল্লুবদা নুংশুক নুংজাননা লৈখ্রে, তুম্বা হিপ্পা চাবা চঙখিদ্রে। থবক শুবদা মপুক্লীং থিং জিনবা ঙমদ্রে। মাগী মহৌশাগা মান্নদবা মওংদু উবদা মমান্নবী শীনমীশিংনা হংঙি কৈদৌরবগে হায়দুনা। মখোয়না হংবদসু কৈসু তৌদে হায়না লৈমনা খুম্মী। অসূন্না নোং মা নোংমৈ হৌখিবনা থা ৫ হায়জিল্লক্লে লৈমনা মীরোনবা। মীনসু কানা কানি ঙাঙশিল্লকলে। ঙাঙনগনবা মীওইবনিনা। মীগী মীৱা মীশা খাঙবা ঙম্লক্তে। লৈমা তৌফম খঙলক্তে। ৱাফম অসি মতৈহন অমসুং মতৈয়াইমৈ নাকোং য়ৌরক্লে। মচা নুপা তোতোসু ৱাফম অসি তারক্লে।

মতৈহন অমসুং মতৈয়াইমা অনীমক লৈমাগী ৱাফম অদু তারে। নোংমা মখোয় অনীনা মাই মাই নুপী অনীমক কৌশিল্লে। কমদৌশিগে হায়দুনা লৈমগী ৱাফম অদু খন্নে। মৌ অহন অদুদি তুমিন লৈ। ৱা লান অমতা ঙাঙদে। মৌ য়াইমদুন খুমলকই — "ঐখোয়দি উবা কুইরবনি। মিৎপু নারবনি। ঐখোয়না ৱাফমসে করিগুম্বা হৌদোকলুরগা মৌ মশেন নুংশিনদদুনা, কল্লক্লদুনা হুন্নরিনি হায়বিরক্কনি হায়দুনা হৌদোকচদবনি। ইতৈহনগী নাকোং য়ৌরকলবনিনা হৌজিক্তি হায়দবা য়াদ্রে। ইচেহনসু উবিরিবা নত্রাও? করিনোনে যোগালি পৈশাৱালানবু থবক শুফমদৈ হল্লকপদা ঠিকাদারনা জিবতা হেক হেক ময়ুম য়ৌফাও থিন্নবরাও? নুংতিগী থিল্লকইনি। নোংমতবু কাংদেনে। ঐখোয় থোঙ্গাল মপাদদি নোংমতা জিবতু থাদে। খরা ৱাৎলিঙৈ হেকতা কুমথৈ। অদুগা মাই মচা অপীকপী অসিসু স্কুল তম্লমাল্লে। স্কুলগী ইউনিফোর্মকা শেৎ লাইরিক খাও মরেংবান্দা য়ান মমা মচা হেক হেক চৎমিন্নে। ঐখোয় অঙাংশিংনা হংবদা মাসু স্কুল কারে লাইরিক তম্লে হায়মাল্লে। অদুগা মাবু মখোয়গী মমাগী থবক শুফমদৈ কাকাবাবুনা থিল্লিসু হায়মাল্লে। নুপী পীদা অমনি। তৌ ঙমখ্রবা নুপীনিদা।"

মতৈহন ইবোচৌবনা হায় "অঙাংসিংদুদি লাইরিক তমজনীংবনি। ঐখোয়নদি অঙাং অনীদুগী মরমদা খল্লুবা তৌদে। ঐখোয় ঐখোয়গী ইচাতবু ইচানি হায়না খল্লিদো। মহে মশীং তমহল্লি। ইনাও নুপাগী মচাসু ইচানি। অঙাং অনীদুগী স্কুল তমহনবৈ ৱা ঐখোয়বু খন্নখিবা লৈব্রাও? খনখিদেনে। মদুমদি ঐখোয়না লানবনি। মমা অমা ওইনা

লৈমনা মচাবু মহৈ তমহন্নীংবা হায়বসে হৌনশানিনে হৌনশা। ঐখোয়না থওইবিদবদে উপায় থিবনিদনা লৈমসু। লৈমা লানদে। মাপী মপুরোইবা ধর্ম্মসিং ঐগী ইনাও নুপা অতোনবদো থবক শুনীংদে তল্লী। মাগী নুপীবু করিগী অসুক কুইনা হন্দোকলম্বনো? লৈফমসু তাকলক্তে। শিখি হায়বসু খঙদে হিংলি হায়বসু খঙদে। মুনি মানি খঙদনা অসুক কুইবসে লৈরকলি।"

"ইতৈহন্না হায়বিরিসিনদি লৈমবু ঐখোয়গীসিদা লৈহনখিসি হায়বিরিব্রাও?" হায়না ইবোচৌবগী ব্বা মরক থৎনা হংলকই।

ইবোয়াইমানা "নঙ ঙাইহাক্তা ঙাইখোনে। তাচৌনা হায়গদবা ব্বা লোইখিসনু। নঙসে নুপীদা নুপী অতাকনৈদকো।"

ইবোচৌবনা ব্বা মখা তাথরকই " লৈমনা ইনাও নুপাগী নুপীনি। ঙসি ফাওবা য়ুমগী মৌ হায়বদু ওইরি হায়বা। ইনাও নুপাগী নুপীনা মপুরোইবনা লংফৈ চৎখ্রিঙৈদা মশা লৈত্রিঙৈদা অতোপ্পা শাগৈ অমগী নুপাগী মচা পোক্তুনা লৈবা হায়বসে শাগৈ চেস্থনবনি। লৈকাইগী মীনোক চঙলক্কনি। শাগৈনা য়ারক্লোই। সমাজসিদা চৎনদবা থবক্কি। অদুনা য়ুম অসিদগী লৈমা চৎহনখিবা তায়। নুপীনিনা ঐখোয় পাক হেক হায়বদি ফজদ্রে। নচিন ননাও নহোয় অনীগী দায় ওইবা তারে। নহোয় অনীনা লৈমবু য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎখিনবা হায়রো।"

"তাচৌনা হায়রিসিনা ফরে। মসি তৌরসি।" হায়না ইবোয়াইমনা হায়রকই।

লৈমনা ধর্ম্মসিংগী য়ুম থাদোক্তুনা চৎকদবা হয়েং অয়ুক অঙনবদনি। মী পোং হৌগৎনদ্রিঙৈ তু উরকপা মতমদা খোঙ শানগদবা। অহীং অদু লৈমা তুম্বা য়াদে মওল মওল খল্লি। পীক্লিবী মচানুপী ইবেচাবু চেজেৎ কোনশিন্দুনা হিপলি। ইবেচাদি কৈসু খঙজদবী অঙাংনিনা নুংঙাইনা তুমখুল তাল্লি।

লৈমনা খল্লি মরাল লৈজদবা ধর্ম্মসিংগী য়ুম থাদোক্তুনা চৎপা তারকলি। করিগুম্বা মানা হিংদুনা লৈমলো মহাক নোংমদি শোয়দনা হল্লক্কনি হাঙলবা য়ুম অসিদা। থিরনি মাগী নুপী অঙাং। লৈমদবদা অমতা মানা করি খনগনি। ইকায়বা অমদি নুংঙাইতবা অনী পুন্দুনা মানা তৌগদবদো?

মচানুপা তোতোসু চৎখ্রে। থা মখায়মুক ফাজিল্লক্লে মানা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবা। ইংখোলনুং অদুদা কনা অমতনা মাবু উদ্রে কদায়দা চৎখ্রে হংবিদে। মাসু মপাগী মতুং ইনখ্রবনি। চৎলমদাইদা মানা হায়রম্বা "শারমচৎনা মাঙওইনবা লমচৎ নাইদবী নুপী নঙগুম্বী অমদা ইমা হায়না কৌনীংদে। নঙ ঐগী ইমা নত্তে। নঙগা লৈমিন্নবা ঐ ইকায়। ঐ চৎখ্রগনি য়ুম অসি থাদোক্তুনা।" নুমিৎ

**অদুদৈ মহাক চৎখ্রে। হল্লক্তে মশক উখিদ্রে। মসিনা কনাই মরাল?**

মচে অহলগা, মচে য়াইমগনা হায়রম্মী। নঙনা চৎখিবদা তোতোবুদি পুবা য়ারোই। য়ুমসিদা লৈহৌগদবনি। ইবেচাদি অঙাংনিনা নঙনা পুখিগে হায়বদা ইতৈহন্না থিংবা তৌদে। পুগে হায়রসু পুখো থনমগে হায়রবসু থনম্মু। মহোয়না য়োকহৌনি। লৈমবুদি থুনা চৎখ্রো শাগৈ চেষ্থনি হায়রম্মী। তীল শিৎলম্মী।

হৌজিক লৈমনা ওইরিবা ফিভম অসিদা লৈমনা খল্লকই, থৌরি য়ান্দুনা শিরসিরা? থাঙনা থিন্দুনা শিরসিরা? নত্রগনা ঈশিংদা চোংথদুনা সিরসিরা? লৈমনা শিখ্রবদি ইবেচানা কনাগা লৈহৌবা? ঐগী অচেঙবা য়েংদুনা লুমদুনা লৈরিবা শারমচৎ চৎপা মঙ্গীবাবুনা ঐগী ফীভম মুন্না খঙলগা শারাক তমখিবনি। মা মতোমতা শিজরবদি পূকনুংদা মিতমলিবা জীবা অমসু য়াওনা শিনি। মী হাৎপৈ পাপ পুগনি। অদুদি কমদৌবা তায়। ইকায়বা, অমদি মীগী মীনোক খাঙবা তাবা। অৱা অনা পূম্নমক খাঙলগে মায়োক্নরগে লেপখ্রে লৈমা।

লৈমনা অমুক খল্লি মানা থোকখ্রিবা থৌদোক পূম্নমক শেংনা তল্লবদি মহাক শাউরোই ইকায়বদুম পোক্কনি। ঐবু অমুক হন্না শোয়দনা লৌশিল্লবা য়াই। ৱারৌবোই মহাক ৱারৌরোই। নুপা মচা তোতোসু অশেঙবা খঙলবদি মমা ঐবু শাউরোই। ৱাফমসি ঐনা খনবনি ওইবা য়াই ওইরদবসু য়াই।

অমনা ফীভম অসিদা ঐনা কবম্না ইপামদা চঙলুগনি? করম্না ইবুং ইপুৱাশিং অদুগী মমাঙদা ইমায়সি উৎলুগনি? ঐবু করিনো তৌরিবা অসিবো। খনমখৈ খল্লগা নুপীগী মপোকপু লৈমনা নিন্দা তৌরি। থোকলিবা পূম্নমক মানা নুপী ওইনা পোক্লম্বননি। নুপাদি অরানবা কোঙ্গাই তৌরসু চেনবা য়াই। নুপীদি চেনবা য়াদে। অৱাবা পূম্নমক নুপীগী শরুকনি। নুংঙাইবা পূম্নমক্লা নুপাগী।

অসুম্না লৈমা মওল মওল খন্দুনা অহীংনোংশোইবা মিৎ ককলা অমতা উইশিনবা য়াখিদে। পীকলিবী করি খঙজদ্রবী ইবেচাবু হৌদোক্লে। মফি মরোল শেৎচিনবিরে। অদুগা মখুৎ শমদুনা থোঙ্গাল তম থোকখি। মপুরোইবা ধর্ম্মসিংগী য়ুম অরোইবা ওইনা খুরুমজরম্মী। লৈমা চৎখ্রে কদায়দনো?

**মসিবু কনাই মরালনো?**

# ড্রাইভর ভোগেন

কবি সম্মেলন অমা তৌগদৌরি। মফম্না মণিপুর ডান্স কলেজদনি। খোঙ নাদুনা চৎপসু য়াদে। ঐগী গাড়ীসু লৈজদে। করম্না চৎকনি। মীঙোন্দে ৱাইবসু ৱাইনিংদে। পামজরুবা থবক্নিনা চৎনীংঙি য়াওনীংঙি। তঙাই ফদবা ওইনা অঙাং অমা থাদুনা ওটোরিক্সো অমা কৌহল্লুই।

ওটোরিক্সো অদুগী ড্রাইভর অদুনা য়াম্না খঙনা ইকোই কোইদনা চঙঙক্তুনা "ইচে লোইরব্রাও? কদায় লেঙগদৌরিনো?" হায়না হংলকই।

ঐনা মাবু হেক উবদা "হাইমা ভোগেন! নঙ ওইরে। নঙনা পুরকইবা ওটোরিক্সো অসিদি কনাইনো?" হায়না হংঙি।

মহাক্না নোকফেৎ তৌরগা খুমলকই "ঐগীনি।"

"নঙবু পেন্সন ফংলব্রাও? ঐদি নঙ অফিসতা অদুম ড্রাইভর ওইরিবোই নীংঙি।"

"ইচে ঐ ভোলুন্টারি রিতায়ার্ড তৌজরে। ঐনা ওফিসতৈ ড্রাইভরগী ফম থাদোক্তুনা তোক্লকপৈ মরম য়াম লৈদা। লীথোকপবু ইবু ইকাইদা।"

"অদুদি সুমদৌরসি। চৎকদৌরি মফমসি ডান্স কলেজদনি। কবি সম্মেলন অমা য়াওরুদৌরিনি। কুইরোই ঙহাক্তনি। ২/৩ শুবে অদুৱাইদা ঐগী কবিতাদু পারম্নগা হেক্তা হম্লক্কনি। নঙনা অমুক থিনবিরক্কদবনি। লাকও চৎসি থেঙখ্রে। হোরেল হম্লক্লগা চা নুং থকমিন্নসি। নঙনা ড্রাইভরগী থবক থাদোরকপৈ ৱারীদু মরীক চুম্না অমুক্তা লীরম্মু। মদু ঐ য়াম তানীংঙি।"

কবি সম্মেলন লোইদুনা ভোগেনগী গাড়ী তোংদুনা ঐখোয় হল্লক্লে য়ুমদা। য়ুম হেক য়ৌবগা মমাঙ শঙ্গোয়দা থারিবা টেবল মনাক্তা চঙদুনা ফমলে চেয়ার অমমমদা। ভোগেন্দা ঐনা হায়রে থবক তোক্লকপৈ ৱারীদো লীরো হায়না। অঙাংশিংদসু চা লোল্লু হায়খ্রে। ভোগেননা মথং মথং ৱারী লীথরকলি।

'ইচেনা অদুম ঐখোয়গী ওফিসতা লৈরম্লবদি ঐ থবক তোক্লম্লোই। ইচেনা থবক্তে পোৎথাখিবা নুমিতৈ চয়োল অমবু ফাদেনে। সেক্রেটরীনা ইচেনা তোংলম্বা কারদো হেক্তা লৌখৎখি। অদুগা মানা শীজিন্নবৈ ৱানিসে। কারদুগী ড্রাইভরদি ঐনিদো। মানা ওফিস কাবসি পূং ৯ তাবদা কায়। অদুগা কুম্বনা নুমিদাংগী পূং ৭/৮ গী অদুৱাইদা ঙাক কুম্মী। নোংমতা ঙন্না খক কূমদে। মাগী কাবা নংনবা য়ুমদৈ অয়ুক পূং ৮ দা থোরক্লবনি। নুমিদাংনা পূং ৯ গী মমাঙদা খক য়ুমদা হনবা ঙমদে।"

ঐনা মরক থৎনা হংঙি "মানা অয়ুক পূং ৯ দগীনা নুমিদাং পূং ৮/৯ ফাওবা মহাক করি তৌদুনা লৈ? ফাইল শুবরা?"

"হেরা মানা ওফিসতা ফম্বা থবক শুবদি ঙহাক্তনিদা। পূং ৯ হেক তাবদৈ মান পুবা ওফিস শুনা চৎ চৎতুনা য়েংঙি কনা কনা কারকই, কনা কনা কারক্তে, কনানা থেঙনা লাকই অসিনচিংবা। ওফিসতদি কুইনবু ফমদেদা বারোকা তারকপৈ অদুৱাইদা লঞ্চনি হায়দুনা ময়ুমদা হল্লি। অদুগা পূং ৩/৪ তাবৈ অদুৱাইদা ইমুংদৈ থোরকই। মিকপ ১/২ শেৎথরগা থোরকই জাৎনিদা। পূং ৩/৪ থবক লৈতনা লেনবদু কয়া ৱাখ্রে।"

"নঙ সাহেবতুবু ঙাইরিনিনে। মী ঙাইবসে ওঙ্খোক্লা ৱাখ্রবনিদা।"

"করিনোনে ইচে সেক্রেটরী সাহেব ঙাইবদা ঐনা হৈনরক্তবা কয়া হৈরবনিনে, চারক্তবা কয়া চারবনে। জারদা পান, চা, খৈনি, চুরুট, হৈনরবনে, চারবনে চারবা। মমৈথং দি পানা য়োনবীগী শেল, চা দোকানগী হোটেলগী পৈশা থা থাগী ওইনা বিলদা তৌরক্লবনিনে। থা ৫/৬ তি মাই ওফিস ঙন্না কাবা থেঙনা কুম্বা খাঙদুনা লৈরম্মী। অদুদগীদি ঐসু খারৌদৌনা কাম্বা, ঙ্রুং ঙ্রুং ঙংবনচিংবা তৌবা হৌরক্লে। মদুদা মান ওভরতাইম ডায়রী শাউ হায়। ঐ শাদে পৈশা পান্নক্তরে। মসিনা ওফিসতগী ৱানি।

অমনা থাংজ নোংমাইজীং, অতৈ অতৈ ছুটি থোক্লকপদনা অমুক কমদৌরি?

ছুটিসু লৈরবা ময়ুমদা চৎপা শোয়দ্রবনি। মা মতোমতা চৎলবদি কৈসু কায়দে হায়জরিবা। মাগীদি মদু নত্তে। নুপী অঙাং লোইনা পুদুনা হেক্তা চৎপা। অদুগা ওফিস কাগদবা নুমিৎতদা ময়ুমদে চাক চাথোক্লগা লাকপা। সুম তৌদুনা ঐ ছুটি থোকপে নুংঙাইবা ফংলক্তে। নোংমতসু ইচা ইগুগা চাম্মিন থকমিন্নবা ফংদ্রে। অরৈবা মীনাইগুম লৈরক্রে। মানা মচা নুংশিরিবা অদুগুম্না ঐসু নুংশিরিনে হায়বা। ফনদি চাউরে, মহৈ মশিংসু হৈরবনে হায়বা। মহাক মসি খল্লদমাল্লে।

অদৈ হেন্দোক্লদুনা করিগুম্বা ফংসন অমা হেক থোক্লকপদা মাই মেম সাহেবতুসু হেক্তা পুই। মচা অপীকপদু পুই অদুগা খরা চাউরবা খুৎয়াওবদুসু। সাহেবতুনা পামলিবদি মচা অপীকপা অদুনা পম্মু অদুগা অচৌবদুনা শেন্নৌ সিনিসে। ঐ অঙাং য়োকচবীগী থবক তৌরবনিনে করিনো। ঐনা ড্রাইভরসু ওইবা য়োকচবীসু ওইবা অদুদা ঐ ইমান্নসিংগী মমাঙদা ইকাইরবনিনে। মদুদগীদি ঐ সরকারগী চাকুরীসি তৌররোই তোকথোক্লগে হায়বসি চপ য়ুংনা খল্লে। অসুক চোপ্পা থবকসি তৌবা হৌনদে হায়দুনা ঐ নাশিন্নরে। ছুটি লৌরে থা অমা।

ছুটি লোইরদুনা কাবা নুমিৎ অদুদা আনোক অমুবা অমা উপশিল্লে। ঐগা লুনা তিন্নবা ডাক্তর অমদৈ সার্টিফিকেট অমা লৌরে। অদুগা মিৎ য়াদ্রে হায়শিন্নদুনা ঐ থবক্তে তোকচরগে হায়দুনা ইনভেলিদ সার্টিফিকেট অদু হাপচিল্লগা দরখাস্ত অমা থারে। অদুদৈ ঐ থবক্তে পোৎথারিসিনি। পেন্সন লৌবা মতমদা শেল অপূনবা খর ফংখি। জি. পি. ফণ্ডগীসু ফংখি। থবক অমদি পান্দবা য়াদে করি তৌসিগে হায়দুনা খল্লি। দোকান ফমদুনা পোৎ য়োনসিরা? টেকসি চেনসিরা নত্রগনা করি তৌসিগে। টেক্সিদি কারনা চেনগদবনি। কার থৌরিঙৈগী ওফিসার অদুগুম্বা, শেনজাও পায়বা কাঙবুনঙাক গাড়ীদু য়ায়রগনি। অদুনা থায়না কার থৌরিঙৈগী দযাদু নোংমদি শোয়দনা তারবা য়াই হায়দুনা টেক্সিগী কারবার অদু তৌদ্রে।

ঐনা ড্রাইভর ওইনা হৌরকপনিনা ড্রাইভরগী শিনফম অসিদি থাদোক্লীংদে। খনমখৈ খল্লবা তুংদা লেপ্লে ওটোরিক্সো অমা লৈরগে হায়না। ঐনা পেন্সন লৌবা মতমদা ফংখিবা অপূনবা শেনফম অদুনা কায়দ্রিঙৈদা ওটোরিক্সো অমা লৈরে। ঐনা থৌজরে। ইশাগী গাড়ীনিনা চেকশিনজে। মসি থৌরগা তানবা শেলনবু হেন্না ফংলে। পোৎথাবসু ফংলে। হৌজিক্তি ইশাসু য়াই শংলে। ইচাগা ফম্মিন্নদুনা চাবা থকপা ফংলে। চাকুরী তৌরিঙৈদদি য়াই ইচিন্তা চিন্দুনা লৈ। মীনা ইথক্তসু য়া ঙাঙহন্নীংদে। মীনা য়া ঙাঙক্তনবা হোৎনবদা য়াম য়াই। সেক্রেটরী সাহেবনা ওৎপদৈ থবক তোকহৌবা ওহোক্লা ফত্রে। নত্রবদি ঐ থবক তৌরমখিগনি। সাহেবতুদি য়া লানবু ঙাঙনা

শরুবা য়াই হায়বা। মেম সাহেবতুদি কাইদামনি। ওম্নোকপা জীব অমনি চাউমা-চাউজনীংঙিবা মানা তৌবা য়াবা থবক অদুসু য়ারনি হায়বা মতাগুম হেক্তম্নক থৌদাবা। য়াম্না অঙাংনিনে ঐগী ইচানুপী অদুগী লেঙ্গাবু ওইরম্বা য়াই। মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনবিনিদো অচৌববু ওইরবসু, মচাবু ওইরবসু নঙ মা কয়া হায়নদেদো। মেম সাহেব অদুদি খুড়া, তাদা, মাম্মা, হায়দে নঙ মা কা হেক্তা হায়। তৌবগীবুদি খঙজদদুনা তৌরম্বা ওইবা য়াইকো। সিনা ওফিসকী থবকনি সিনা লন্নাইগীনি হায়বা খায়দে। মমৈথংদদি ঐ ভাব তারকখি খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবনি হায়বদো।

ৱারীশিংসি লীরম্নগা ড্রাইভর ভোগেন চৎখ্রে।

তাং ৩১/১০/৯৬ ইং

